# ঋাহৈ থৱুদং ঃ—

হৌজিক অসিদা পাউতাক পীবিনবদি অৱাংণা নৈত্রে। মতমগী য়াওন মতুং ইন্না মী থুদিংমক মপা হন্বা ঙাক্তা ওইগ্রে। ভৌইগুম্বমুং ঙাংবী-শকপীবা পুম্নমক অকবা ঙাক্তনি ; মহু লৌখিনবা ভাম্বিনবা নৈতবগী ৱানি। অহুবু মশানা পামজদবনিনা পুম্নমক অরেম্বদা তাহনা লম্বোইবদা শমজেং পীবগুম তাম্নিবা অসিনি। তাকপীরকপা থুদিংমক লৌশিনবা হৈরবা অমদি অহু ঙাকুনা চংপা ঙম্নবদি পাউতাক পুম্নমক অফবা ৱাহয় ঙাক্তনি। মরম অসিনা ঐখোয় মীওইবা থুদিংমক ফৌ শুবগুম হায়রগা চেঙ খৈবগুম নাম্বোকপসি তৌবীরোইদবনি। অমদি পাউতাক পীন্নিবা মীওই থুদিংমকপু থুং ফত্তবদা লাল্লুপ চিংবা হায়বহুদি ভাহল্লোইশি।

অমরোমদা লাইরিক অসিবু মপুং-মতম চানা খংশোয়-অঙাম য়াওদনা অৱাবা শরুক কয়াবু মাইয়োং য়াবিহনা পুখোক্লবা হোৎ-নবিখিবা শ্রীগোপাল প্রেসকী ইচিল-ইনাও, ইচল-ইচে পুম্নমক ; অমদি অফ-ফত্তগী দয়িত্বা লৌবিরিবা প্রেস সিগী মেনেজর্‌— শ্রীসিজগুরুময়ুম কালাচান্দ শর্ম্মবু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচরি।

ইতি—

(তাং ১৭।৩।১৯৮১/ইং

থৌবাল। —অইবা—

# কোণ্টেণ্টস্:-

# মীতৈ পাউরৌ ডিক্সনারি

( ডিক্‌তম্‌—৭৭৭ )

---

## ( অ )

( স্বর মযেক )

অকনবনা অচুম্বা শকই, পুক্‌ংবনা শানোইবা শকই।

( অচুম্বা নিয়ম্, ঙাক্না চংবদবা ॥

অকন্নববুদি অশিংবনা ঙম্মী।

( লৌশিংতনা ঙমদবা লৈতে, লৌশিংদগী হেনবা লৈত্রবনি। ॥

অকুৎপদা লৈতৌবা, অতোংবদা লৈথোনবা।

( মুংঙাইবদা হেন্না মুংঙাইবা অৱাবদা হেন্না অৱাবাতাবা ) ॥

অকুৎপা মফমদা ঈশিং তুংবা।

( ফত্তবদা হেন্না থুগদাংখিবা তৱাবা নংবা ॥

অকোকপদা কোবে'ক মাংবা।

( মাংফম-তাফম চাদবা মফমদা পোৎ-চৈ মাংবা ) ॥

অফবা থবক্তা যৈথোকফদে।

( তঙাইফদবা থবক ঙসি হযেং নাইযদে ) ॥

অঙাওবনা কৌ শুবা চবা নোংখৈন্নে।

( অঙাওবা অপচবা মীনা ঙাওহনা তৌবা থবক অদু কন্নিগুম্বা মতম-দম্ভু কাম্নবা য়াওই ) ॥

অঙাওবা চলাক হৈবনি, নিংতাংবা তাৎ হৈবনি।

( হিংনবগী লখী থিবা হায়বগে অরাবনি ) ll

অঙাওবা মমুম পানবীগু, অপঙবা লৌশিং তাকপীগু।

[ অঙাওবা অমদি অপঙবা মীগীদমক ফনবা তৌবা থবক অদু অয়াম্বা মতমদা ফত্তবনি হায়না লৌগনি ) ll

অঙাওবা মশেন তিন্নবা।

( রাথল অমসুং তিচং শাজং মান্নবা মীওই মশেন তোংন-তিন্নবা) ll

অঙাওবা মীসু চাক চাবনি।

( অঙাওবা মীসু মীশিং থাবনি ) ll

অঙাওবা মীসু থম্মোই পানবনি।

( অঙাওবসু নুংশি হৈ খঙবনি ) ll

অঙাংদি নিংথাদা থংই

( মী অমগী অয-যঙ তুংদা ওইররদবা শকং অদু অঙাং ওইন্নিঙৈগী ফিজেৎ চাকচাদা খঙবা ঙম্মী ) ll

অঙাংনা য়ুম মৈ থাবা চাজবা হৌনদে।

(অঙাংনা খংদনা তৌকবা ফত্তবা থবক্কী ফল অদু খঙজ্রিবনি হায়দুন ফংদনা তোক্কে ) ll

অঙাংনা মৈ কিদবা।

( পোংকী মগুন খঙদনা তৌবা য়াই যাদে যেংদনা তৌবা থবক ) ll

অঙাংনা পোংযোনবী চাকথোংবী শান্নবা।

[ ঙহাক ঙহাক্কী ওইনা তৌবা চোকশিন্দবা থবক ) ll

অঙাং হায়বসিদি যন মমৈগা চপ মান্নে।

[ অঙাংনা তুনিন্না লৈবা পায়দে। মতম লৈবা থিবিক্কা শান্ন-খোং নন্থনবা লৈ ) ll

অঙাংগী শাজং, মগ্নিগী রাঙং।

( ঙাংথোক-শক্তোরকপদনা লাক পঙিগী রাঙাং ঙাংবা, অচুম্বা য়িৎ-যেং নায়েংদন অচম্বা-রাখল ) ॥

অঙাংগী মচিন য়াংবনি।

( অহং-ফত্ত থন্দনা অমদি অয়োনবনি অকোংবনি হায়বা থঙদনা মী-মাং-তুমাং নাইদনা ময়েক শেংনা হেক্তা হাবদোকপা ) ॥

অঙাংগী মচিন লাই তোংবনি।

( অঙাং ঙইজরবম্ব চংনবা যাবা অচুম্বা রাফম যাওই ) ॥

অচঙবা মী ঙাংনগম্ব

( ইনাক্তা লৈতে হায়দুনা হিংলিবা মী অমগী ময়মদা ফত্তবা রা ঙাংনগম্ব ) ॥

অচাবপ ঙৈদা ঘৌ ঙৈবা।

( শাওরিঙৈদা হেন্না শাওবা য়াবা রা হায়শিন-ঙাংশিনবা ) ॥

অচাবপা শীং যাংশিনবা।

[ শাওবগী তপথদ্রিঙদা হেনজিনবা রাঙাং ঙাংশিন্দুনা থোইনা হেন্না শাওহনবা ] ॥

অচেনবম্ব চয়োম, অতানবম্ব চযোম।

[ অমগা অমগা থৎন-চনবা অমনি মুক্নরবনি শেল অমম্বুং মতম অনিমক মাংখিন্নবা ] ॥

অতিঙবা শম কোক্তবা হৌনদ।

[ শোয়দনা তৌত্রবা রাদবা থবক ] ॥

অতোম্বীনা ফা ফৌবদি ফদিগোম মকা তাই।

[ ঙক্তবা ভাব ভাবা মুপাবা মাী মুপীশিংগী মম্বুংদা অতোম্বীবা

তৌবা থবক্তা অফবনি হায়বা খল্লি।

অনি কোন্নরবদি অমা তুবা মশিন্নি।

[ পোৎশক অনি নত্রগা মীওই অনি মুক্তুনা শিংনরবদি অমনা হেনবা মশানা তাবদি ]।।

অনিদা চাবদা চাথুম অহুম থোকপা।

( অনি তিন্নদুনা তৌমিন্নবা থবক্তা পুকচেল তিন্নদুনা তোঙান তোঙানবা মওংদা থবক তৌবা )।।

অনি চেনবা থোইবা, অহুম চেল্লগা থোইদে, অমা চেল্লগা থোইদে।

[অনি চাং য়েংনরবদি অমনা মাইথিবা, ১না অমা ওইবা হৌনশানি]।।

অনৌবা হৌদোকপনা চৎনবীগী মমানি।

[ চৎনবী কয়া লৈরিবা অদি অনৌবা হৌদোকখিবা হিরনশিংতগী পোকখিবনি ]।।

অনৌবা মচু তাদে, অরিবা মচু তাবনি।

[ থোনবদা তাইরিবা লম্বী অনৌবা খুনাব তাদে; হান্নগী লৈরবা লম্বী ১দি পোৎ অদুনা শিজিন্নরকপদা খুৎলোইবা হেল্লি ]।।

অনম কল্লগা মাইবি চঙই, শাইবা কল্লগা ওইনম্মী, খাঙবা কল্লগা ফমেল ফম্মী

[ অরাবা অমদি মাইথিবা ফংলবা থবক অদু হন্না হন্না হোৎনরবদি মতমদা পুক্লিংগী অপাম্বা অদু ফংই ] ।।

অনাবা খাঙেল্লগা মাইবা কৌবা।

( শেমজন শাদিন্না অমতুং ফনবা হোৎনবা য়াবগী মতম হেক্লোকপদা পোৎ অদুগীদ্রিকনবা অমদি শেনজিন শাজিন্দুনা হোৎনব] ।।

অপঙবা মরুপতি যেরুবনি।

( ঐগী অনিংবা অমদি অপাম্বা থবক অদুগী মরম মুন্না খঙবা ওবদনা

অপঙবা মরুপ্না ইতেং পাংবীনিংহুনা তৌরকপা থবকশিং অদু ঐখোয় অপাঙবগী ওইবদা তৌরকই )।।

অপঙবা অশিংবা, অশিংবা অপঙবা।

( করিগুম্বা মতমদা শিংলে চুমলে হায়না তৌবা থবক্তা অপঙবগী ৱাখলনু ৱাঙরম্মী। অদুগা অপঙবগী ৱাখল্লা তৌরকপা থবকসু অশিংবা অচুম্বা ওইরম্মী ) ।।

অপঙবনা লান্দা থৌই।

( মৈগী মগুন খঙদ্রিবা অঙাংনা ইচং থৌদ মৈ পাইবগুম থোইবা ৱাবা থবক্তসু অপঙবনা ইচং থৌই ) ।।

অপঙবগী মবল অশিংবনা চাই।

[ মাংদা ভুংদা থোকখিবা অমমুং হৌজিক ওইরগদবা অদু খঙবা ঊবা ওমদবা মীগী মরম অদু অশিংবনা চাই ] ।।

অপঙবগা মান্ননা ফত্রবা লৈত্রবনি।

[ পঙগদবা শরুকপুদি শিবনা করে ] ।।

অমা চৎ অপুম্বা, অনি চৎ অশিবা, অহুম চৎ অহিংবা।

[ নংফে চৎপদা মী অহুম চৎলবদি থুদোং চাই ] ।।

অমম্বদা যেৎতুম মনা লেংবা।

( ওইথোকপা যারবোইদবা থবক তৌবা ) ।।

অমেৎপদা জাৎ তাবা।

[ লৌনিং চানিংবনা মাং থাহুনা করিদু লৈতবা পোৎ অমগীদমক ইশাগী ইকায় খুম্বা বাৎপা ] ।।

অমেংবা থোল হারুরমু।

[ মৈয়াংদা য়াইহৌদি ফজহনবা, মপাগী পুকচেল অমদি লেৎতুনা তাং-
খোক্লকপা য়াহয় ) ।

অমোৎপাদি লাইথুংগী মমানি।

( লাইথুং-লাইনা অয়াম্বা অমোৎপদগী শক্লোয়কই ) ।।

অমুক্তং খুদিগ্রবাদি তুং ফাওবা খৌই।

( অমুক্তা খুদোং থিবা নংগ্রবা থবক অদু অমুক তৌনিংদে ) ।।

অয়ানবা অমা চুন্নবা হোৎনবদা অচুম্বা কয়া চংই।

[ কান্নবা অমগীদমক অয়ানবা অমা কুমহুনা চৎখিবদা মৈবু ফীনা
কুপতুনা থম্বা য়াদবগুম অয়ানবা অদু মপক থুডনরক্লবদা মদু চুম-
খোক্লবা হোৎনবদা মমাংদা তৌখিবা অচুম্বা মরম কয়াম্মু মাংই
অমম্নুং লাক্লকই ) ।।

অয়ানবা থবক তৌবা উরগা য়েংনিংবদু ফক্রাংদা খেৎপা লাইগুম্বনি।

( অয়ানবা থবকনি হায়বা মুম্ন। থুডলবদু লান্না তৌবা থবক অদু
চুমথোকপীগনি। মদু নক্রদুনা অদুম য়েংদুনা লৈখোক্লবদি মপামক
অয়েকপা লাইগুম্বনি ) ।।

অরিকপগী মরল গুম্না চাই।

[ কা হেন্না জিকপা মৌগী মপোৎত্তি অয়েম্বদা শিঙ্জিন্নবা য়াদনা
মাংগল্লি ) ।।

অরংবা পুম্বা সনা নত্তে।

( কনা লংনা উরিবা পোৎ খুদিংমক অফবা তাক নত্তে ।।

অয়েম্বদা য়ানা শঙ্গোল শাবা।

( ওইখোকপা য়ায়রোইদবা থবকী মরমদা অয়েম্বদা অওইবা শাদুনা
মতম মাংনা তাংন-শানবা ) ।।

অগাবা মচা লেপ্পা মাংদে, নারগা হিংগদে।

(নোংষ' কনবা মী লেয়' মাংদে। নারগদি খুদোং থিগদি অমমুং পুন্সিগন্দে)॥

অরা-মুংঙাই হায়বসে কনাগীম্ব 'পীবা কম নত্তে।

(নিংবা কায়রে হায়্রনা তোকখদে, হন্না হন্না মহ হোৎনরবদি মথৈ-দা শোযদনা মুংঙাইবগী ফল্ল কংগনি)॥

অশিবা শেস চাও, অচংবা শেল চারুগু।

(ওইজবা থিরিবনি অমদি পামলিবনি হায়্রনা মীগীমবুক মুংঙাই-রোইদবা পোৎ অমমুং শেল লোকুম্ব)॥

অশম্বা লম্বা চৎপা গুরু শিবা নংদে

[থবক তৌবদা যায়া থুনা লোইশিনহুনা শন্না অমদি লাইথোক্না হোৎনরবাদ থবক্তী পম্বুংফম অহু য়োদনা অরামল অমমুং মতম মাংহুনা তোক্কল্লি]॥

অহনগী অমাংবনা চফু নেপ্লি।

[চোকশিল্লকবা মতমদা অহল-লমনশিংনা হায়বা তাকপা বানা অচুম্ব' অমদি অফবা ওইরকই]॥

অওনবা মুঙনা ঈশং পকতে।

[য়ায়া তোয়না ওৎশোক ওংশিন তৌরবদি ঈশাগী কারবা অমদি ওইজবা মাংলকই]॥

অল্ল অপুম্বগা শোইজিল অহাবগা য়োনবা।

[ফগুহুনা নৈরিতৈদা হেন্না ফগুনবা থবক অমুক তৌরকপা]॥

অম্বুক্তা হৌবা নোংগুম্বনি।

[থবক তৌবদা মফম মতম চাই চাদে য়েংদনা হেক্তা তাশিল্লকপা']

অমুক্তা পান খারগা মুংখিলদা পান ফুকপা।

( তৌখিবা লোইখিবদা ভাগ্যদিবা ৱবক অদু ভাইঙমদনা মচুং-মতম চাদবা তৌবা )॥

## ( আ )

আশা য়াম্না তৌমল্লবসু ৱাবা নঙবনি।

( নতিক মত্তনা নঙন হাপ্পা অমমুং ইশাগী কৌরেপ য়েংদনা ]অৱাংবা থাক কানবা হোৎনবা অৱাবগী মশক্নি )।

আচামন্দগী শৎপা।

( শোইদনা ফংলগনি খল্লবা পোৎ অদু মফম থঙদনা মাংখিবা )॥

## [ ই ]

ইকায় খঙদবনা পুক থল্লি।

( অচোগ-অয়েম খিত্রবদি মশাগী কাম্নবদু ফংই )॥

ইকায়বা খঙদবগী হিদাক কৈলেতে ; লিন্না চিকপগী হিদাক্তি কৈলে।

( হাময়-তানবা মরম ওকপা, হৌনা লোনচৎ খঙবা, অক্ববা মীগীদি ৱারকপদা লুদে ; ইকায় খংদবা, পুক ফঙবা মীদি ৱারকপা লুই ; হিদাক কৈলেতে

ইরোই ৱাইনবা, মতৈ-মনাও খৎনবা থামলুগ্র।

( মতৈ-মনাও খৎনবদা হাক্লা মিচং-শঙন লাইজ়না থামলুগনু। মখোয়-দি অমুক অমতা ওইখিগনি। থামলুবনা অমা নত্রগা অমগী য়েক্ববা ওইনা লৌখিগনি।॥

ইরোই মচিদা খোইদিং থম্বা।

( শোইবদা নম্বা নৈরবা থবক )॥

ইবোই নৈজ্রিনৈডা হৌদোং হাৎপা।

( তুংগীদমক্তা খোরাং হেনজিন্না তৌদুনা হৌজিকী কান্নবা শোৎপু মাংহনবা )॥

ইরোইনা নৈওল্লগা হাওনা তৈ।)

[ ফবা মীনা তৌরুবা ফত্তবা থবকী মহৈ অদু মনাক্তা নৈরবা মীশিং অদুদনু ফংই ]॥

ইবম যন চৌদেনবা, মীবেন যন চীশা'বা

[ ইশাগী অমদি ইরমগী পোৎপুদি মীগী অমদি মীরেনগী পোৎনাহেন্না কৈ হায়না' থনবা ]॥

ইনাক খনবা তাবানা লাইববা অমা শৌগৎপা ওমদে।

[ লাইরবা হায়বা অসি মহৌশানা অরাৎপনা থম্না লৈ। মহু শেমজিন্ন-বা ফনবা মী থরানা মতেং পীবনদি মাগী অনিংবহু থুংহনবদি ওমদে]॥

ইনাক খুনব্রা মচা ফৌ শুবা তম্মু; লাইরবা মচা শগোল তোংবা তম্মু।

( মীওইবন' তুংদা ওইরক্কদবা ফিভম তশেংনমক থওবা ওমদে। ইনাক খুনবা ওইরবসু লাইরবা ওইরবসু অরা-মুংওাইগী থবক থরা থরা খ'জিন হৈজিনগদবনি )॥

ইমা শিগনি নিংলম্নবদি শগোল তোংলমগদবনি।

[ নিংজবা অমা থুংনবা হোৎনবদা শেম কয়া চংথিবা, ১দি নিংবসু কাইরে। অদুদা মাংথিবা শেন্নচিংবা মতমশিং অদু পাম্মুবকপা অমসুং নিংঙমদবা কোংবোকপা ]॥

ইমা শিবা ফক্রোংনা কুপ্পু না থম্বা কাল।

[ মতম নাইবা অচিনবা থবক্তা চংনবীগী মথা পোনবা থবক কয়াম্ভু লায়খোকপা মতম ] ॥

ইমাগীদি নিংথৌরেল, নিংথৌগীদি শজিকলোই।

( লৈবাক নিংথৌগী কাদা কৰিম্ভু লৈত্ৰবা মীচম অমা ওইরবস্থু মমা-মপাগী মফমদদি মচা তাৱবসে নিথৌরেলগুম থক্লি ) ॥

ইপা-ইপুনা কাবাম্বা হাওদা কাও।

( ঐগী জাতিগী ওইবা অমম্ভুং ইপা-ইপুনা তৱবা শিনকম অদু অমাম্ভ-বা থোকত্রবদি অতমক তৌগদবনি ) ॥

ইবুং কৈরোই, ইপা লৈকাই।

( মুংশিনদ্রবদি ইমা-ইপা অমম্ভগী মচা ওইরবস্থু কৈরোই লৈকায়গী মীগুম্বনি ) ॥

ইচা কত্তবা চাউবা ঙাইবা, ইবা ফত্তবা শিবা ঙাইবা।

( ইচা-ইবা ফত্রবস্থু ঐখোয়না শিনবা য়াদে অমম্ভং শিনফদে। মখোয়বু ফনবা হোৎনবনা মুপী ওইবী ঐখোয়গী থম্মনি ) ॥

ইৎল-ইৎলগা চন্দোনজে তাই।

( পম্বুংকম থজনা তৌবা থবক্তি অয়েষদা কাগ্রকম থগুদে ) ॥

[ ঈ ]

ঈরৈ অরাবদা ঙারুম্বা।

( মীয়োক-মীচান হৈবা মীগী মী শিনকম বাত্তে ] ॥

ঈথুং লানথোক্লগা মীথুং লাম্মোকই।

( মীগী মতেং পাংলুরবদি ঐগীসু ইতেং পাঙবীরে ) ৷৷

ইবারুরবা মীনা মনাক্তা লৈরম্বা উশাদসু লাম্মী ।

[ শিবা তারক্লবদি অচুম-অয়ানগী বাখল খোয়না তৌরদে ৷ মথৎ়ার হিংগত্রা বিংজুনা অফংবা অমা হেক্তা তৌরকই ] ৷৷

ঈরিগ , এনশাংগা ভিম্নবা ।

(ইথা থাদোক্লদবা লুনা হিম্নবা )

ঈরুজদনা হৈংৗ তৈবা ।

( কেনিংই নাননিংই তায়জুনা মকম মতম চাদনা তৌবা থবক ) ৷৷

ঈরুজনিংবগা থোঙ্া তেকপগা মান্নবা ।

( পুক্লিনা পামজনা লৈবরুবা থবক অমু খঙহৌদনা পাঙথোকপা য়ান-বগী মতম ফংবা ) ৷৷

ইরোইবা মপা থুংনা ওমদ ।

( অপাম্বা হায়বসি হেক নিংলকপগা থুংবা কংবা ওমদ ) ৷৷

ঈবাইবা হৈবগা তৈতবগা পুন্না ইরাকমিন্নবা ।

[ অথঙবগা খঙদবগা তৌমিন্নবা থবক্তা খঙদবা মীনা খঙদনা তৌ-রুবদগী তারকপা, অবাবা অমু অথঙবা মীগী য়াওবা ) ৷৷

ঈশানা থাকচবা লাংদা ঈশা ইতোমতা থুজবা ।

( ঈশানা তৌকবা ফত্তবা থবকী মহৈ ফল অদু ঈশানা ফংবা ) ৷৷

ঈশ্বরগী থুংশিনবু কনানা খঙগনি ।

( মফম মতম খঙদবা তংদা থাকদবা থবকী ফল ফংবা ) ৷৷

ঈশিং থন্দবা চফুনা মখোল থোকই ।

( থরদং খঙ-হৈবা মীদি য়ায়া খঙ-হৈবা শাবিংজুনা নাপল তৌই অমমুং বা য়ায়া তাংই ) ৷৷

ঈশিং শাইহনা য়োৎপা।

( য়াম্না কেথোক-থোথোক্না লৈবা মী ) ll

ঈশিং মসুংদা ঙানপ্না মথি ফাইবা উই।

( খুঙহন উহন্দনা তৌবা থবক য়াম্না খঙগদ-উগনবা ) ll

ঈশিংদা থাঙনা য়ানবা মমি তাবা হোনদে।

[ থবক কয়া ত্তৌরবস্তু তৌথি হায়বগী খুদম লৈতবা ] ll

ঈশিংগী ইচেনগুম মীওইবগী পুকচেনস্তু চেনগদবনি।

( ঈশিংনা অরুবা অনৈববু চপ মান্নবা পুথহনা চেহবাগুম মীওইবগী পুক্সি ঈচেনস্তু অফ-ফত্ত অনিবু মান্নবা চেহবা ওয়বা হোৎনগদবনি ) ll

ঈশিংগা থাওগা তিন্নবা।

( পোৎথক মীশক অনিবু মান্নরবস্তু মত্ত অমদি মগুন মান্নদহনা পুম্না লৈমিন্নবা য়াদনা তোঙান তোঙান তাবা ) ll

ঈশিংপদবু ভাতাংবনি, য়া ভাংবদবু য়া-তাংবা হোনদে।

( ঈশিংপদা ভা তাংবদি ভা ফাই, কংই ; মরম চাদনা মীবা ভাংনবদা বা পাংবদি চোপ্পা নংই ) ll

## ( উ )

উগা মরুপ ওইরুবদগী যোৎপীনা ঈশিংদা তাওই

( অখুভ-অহৈশিংগা তিন্নবদি ফত্তবা অপুভবা মীস্তু অফবা অশিংবা ওইরকই ) ।

উপুমদা ঈশিং চঙবা।

উপুমদা ঈশিং চঙবা।

[ ফক্তুনা লৈরবা পোক্তা অমুক্তা হেন্না ফত্তবা চঙলকপা ] ।।

উজাও তুবদা উনাও চেন্নবা।

[ পুন্না থবক তৌমিন্নবদা মফম অমদা অতৌবা মী অমনা ফত্তবা অরাবা থৌদোক থোক্লদি মাগী মখাদা লৈবা মীশিংমু চেন্নগনি] ।।

উদ-কোক, রাদ-কোক।

[ নাকল অনিমক শাওগনবা রাহৈ হায়জিন্নুনা থৎননবা শিবা ] ।।

উন -উনা থিনেৎপা।

[ থঙনা থুঙনা ফত্তবা থবক তৌবা ]"।।

উ-রাগী মখা থাবদবু পৎপনি, মীগী মখা থ বদবু পত্তবনি।

( মী থুদিংমক ইথক থোংবনি থন্নদা থোমলা মত্তবা ওইরোই ) ।।

উহ যাম্না পানবা উপানদি মরু লুকপনি।

[ যাম্না থঙ-হৈবা মীদি নোঙ্গকই নাপল যাংদে ] ।।

উ লৈতবা লমদা বেগেনা মুস্বী ওইবা।

[ অথঙ অহৈ-অশিং লৈতবা মফমদা থরদং থঙ-হৈবনা থবক শুমনবা হোৎনবা ] ।।

উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপা।

[ থবক তৌরুবগী কান্নবা ওইজবা ফংদবা অমদি অরেম্বদা মাংবা ) ।।

উতিন্না মোরোক চেনবা।

( মশাগা চুনদবা, চানদবা থবক তৌবা ) ।।

উত্তা যী হৈবা।

[ মহৈ য়াম্নমোইদবা কাংদবা থবক তৌবা ) ।।

উত্তা তুরগা বাইদা হৌগৎপা।
[ হোৎনজবগী মহৈ মাংগ্রাগা হান্নবী হৌরকফমদগী নৌনা অমুক হৌগৎলকপা ] ॥
উফুল অহোবদা পাউঞ্জেনবা।
( পাউথুম অমুক হল্লক্লোইদবা মকমদা পাউজেনবা ) ॥

[ ঊ ]

ঊচি চাকহোন্দা লোইবা।
( মশাগী তৌবা ওবা শক্তি শিজিন্নদনা পোৎচৈ পুবা থাংবদা খজিক খজিকং পুত্রনা লোইবা ) ॥
ঊচি কল্লকতুনা মমুম মৈ থাবা।
[ পেন্দবা অমঙ্গদমক মশাগী ওইজ-ওইথক অমদি পোৎ-চৈ কযাবু মাংহনবা ) ॥
ঊ'রবু উনৌনা পুল্লি।
[ পাঙ্গল নৌশিং শোম্বক্লবা অহলশিংবু পাঙ্গল কল্লিবা নৌশিং শিংবা নহারোলশিংনা হিরম খুদিংদা থাদোরদনা থবক তৌবা ]
ঊরোক লাংথাকপগুম তৌবা থবক।
[ চোকশিন্না থোয়নজংবা তৌদবা থবক ] ॥
ঊচেক অচৌবগীনা চাউনা, অপিকপগীনা পিক্না মহুম শাই।
( ঈশাগী তৌবা ওবা সক্তি অদুদা যেংদুনা ঈশাগী যিজম শেমগনি ॥
ঊচুও অমুদদা খেয় তৈবা।
( কজনবা কয়া হোৎনবদা হোৎনবগী মহৈ য়াম্লে থওদবা )

উরেংগা উরগা, তিন্নবাগা তিন্নবাগা তিন্নৈ।

( শিচং-শাজং অমমুং চাকচা-য়ুথক লান্নবা মশেন তিন্নবা ) ॥

উরাগা ছমদাংগা মরুপ ওইবা।

( থাবথা য়াররোইদবা মশেল তিন্নবা লোয়নবা ) ॥

## ( এ )

এনখা পাউদাবী, শাইজিন পাউরোনবী

( লোন্না থুপ্না, মিয়ৎ-নায়ৎ য়েংহনা মীগী পাউ লৌবা ) ॥

এনখা কপচেৎপী অঙাং থেম্মু।

( নিঙাই ফত্তবা অঙাংবু থেবদা য়াত্রবদা উপায় লৈত্রনা য়েংশ্না খোক্নুনা খাঙবা ) ॥

এনশাং মহি ইন্না তাবা।

[ অফবা থবক ওইরবসু হেক য়েংবদা ফত্তোইদবা মানবা ) ॥

## (ঐ)

ঐ-নঙ-মা অহুমবু অমতা ওইনা উরবদি মুক্তি ফংবা কৌই।

[ জীবা খুদিংমকপু ঈশ্বামক্তা মান্ননা থগ্না ঙমহনা থবক তৌরবদি সংসারগী অফা অপুন্না অমুক পুনবা ঙমদ্রে।

ঐন' ফরবদি জগৎনসু ফরবনি।

( মীওইবনা অফবা থবক কয়া থঙই। অদুবু করি করিগুম্বদা ঈশাগী অপাম্বা অমমুং ওইজবা য়েংবদগী থঙলিবা অদুগী ওন্নবদগী থবক

তৌরকই ]  মহু নত্রঘদি ঐনা তৌবা থবক অমাবা অকবা শিং-থানগদবনি ) ॥

ঐমা তৌজবনা ঐনা ফংই, মানা তৌজবনা মা-না ফংই।

( ঈশা ঈশানা তৌজবা থবকী মহৈ অহু তম্না ঈশানা পোইদনা ফংই ) ॥

( ও )

ওইনশিল্লগা পোৎ য়াংবা।

( মী থিন্নহুনা থবক তৌবা মতমদা তম্লগা শাওশিন্নহ্না মাগী তৌকম খোকপা থবক অহু মীমা তৌননবা হোৎনবা ) ॥

ওইনা কেবা।

( মশাগী শাওং-শাদা মাতৈ চায়-চাদে য়েংদনা ফিজেৎ লৈতেংবা ) ॥

ওইনা তৌবা থবক যেৎনা থাজদবা।

( অতোপ্পা মীদি হায়রুহু, ঈশা-ঈশাবু থাজদব ) ॥

ওক চাকচা, য়েন য়াহিপ।

( যাহিপ-চাকচা ফজদবা থীবা ) ॥

ওক চন্দা পান থাবা, শঞ্জিন্দা লৌ উবা।

( মকম অহুগা চান্নদবা অমদি মহৈ ফংবা য়াবোইদবা মফমদা থবক তৌবা ) ॥

ওক্লা নিল্লগা লমহুইনা মনা থাবা।

অপুঙবনা তৌজবা থবকী মহৈ অহু অনিংবনা ফংই ] ॥

ওক্লা তেন্না থাবা।

( য়াম্না শাওগনবা অমমুং শাওরিঙৈদা হেন্না শাওনবা তৌবা ) ॥

ওক্না অমাংবা চাবা।

[কনা নিংথিনা তৌরবা থবক অমদি হাওনা চাবা-থকপদা লুবা) ॥

## ( ঔ )

ঔবাইবদা কায়দবদি জুরারদনি॥

( হৈনদবা হোৎনবা ঙিরম থুদিংমক ঔবাইবনা থবক অদুদা হেন্না ফগৎনবগী লম্বী ওই। অদুবু জুরারদি অদুকী মতিক ঔরাইরগা হেন্না ঈশাগী ইকায়-খুম্নবা অমদি লন-থুম বাংনবগী মথকতমক ওই ) ॥

রাইবদা ছঞ্জা তাদবা।

ভন্মুবগী কারকম মওং মত্তৌ লৈতবা ) ॥

## ( ক )

( বঞ্জর মযেক )

ক্কপ্পগা মোকপগা মচিন-মনাওনি।

( কপ্পা অমমুং মোকপা অনিসি অবা-নুংঙাইগী শক্লোনি। মথোর অনি অসি থাবদনা মচিন মনাওগুম্না মীওইবগী পুন্সি লম্বীদা থওনা থওনা থেংনৈ ) ।

কাঙা চাকচা য়াথুন নাইদবা।

( হায়বা তৌবা য়াবা য়াদবা থবক্তি থিদনা মা-মাগী অখিংবহুতা পংঙাং ঙাংবা. পংজৌ তৌবা থবক ] ॥

কাংথ-শাঙগুম।

[ কনা থঙ-হৈহুনমু থবক তৌথোরক্‌বা অমমুং কায়্রবা মী, পোৎ)॥

কক্লা মপ্রায়া ম্না খাওবা।

(মমল খোয়লা ভিংলবা পোংবা মমল য়ায়া চংবা পোংকী মহৎ শিন্দুম্না লৈতেংবা) ॥

কমক-মাংদা চাং তাবা; ইকায় মংদা হোয়ংপা।

(ফত্তবা খোদোক খোকপা অমমুং খওহন-উহন্নিংববা মীগী মমাংদা ঈশাগী ফত্তবা খোদোক খোকপা) ॥

কাবা মত্তোল লোম্লগা কুম্বা নাইবনি।

[ কল্লে' হৈরে, অমমুং ওমলে হায়না নাপল য়ায়া তৌরুববদি ঐনা তৌবা ওধগী চাং অহ্ন য়োক্নগা অমুক হন্বা তারকই। মতম অহুদা ঈশাগী ইকায় খুম্বা অহ্ন মাংলকই ) ॥

কায়োংগা ঈথমগা য়েনশাং লাম্নবা।

(হেক ওইখোকপা য়ায়োইদবা থবক অনি হেনজিন্না-নরুবা মরি থম্নবা হোৎনবা) ॥

কলিদা খুদৈ কংত্রবনি।

( মীগী ফত্তবা মওং-মতৌ য়েংহ্নবা নোক্নবা, ঈশাবম্ম ইকুই কুইদনা ফত্তবা খোকল্লি ] ॥

কলিদা শক ফজবা পাপনি।

[ শক ফজবা কজবীশিংগী ফজবা মগুন অহ্ন ফজবত্ম লুনা তৌত্রবশিংগী মরক্তা কায়দনবা ভাক্তুনা থবা হায়বসি ওইখোক্তে মহ্ন পাপকী মশক্কি ) ॥

কিরবদি চওলুরমু, চওলুরবদি হল্লুরগম্মু।

( অথা শাক্নবগা মীনা ওমথিগদবা উহ্নবা থরাই মাংগদবদগী হায়জবা তারবদি চওলুদবনা হেম্না কৈ ) ॥

কলম্না খাঙদগী হেন্না থৌই ।

[ পাঙলদগী ত্থান্না হেন্না থৌই ] ॥

কলম লৈতবা মউ লিংদে ।

[ মাগী মাগী হৌরককফমগী মরূ-চারা লৈতনবু অকবা মপুং ফাবা মউ লিংবা ঙমদে ] ॥

কলম্নবু মচিন অনি লোংবনি, মীদি লোংদে ।

[ মীওইবনা ঙাংনিং-শকনিংই হায়দুনা অমা'মুক অমা'মুক তৌরবদি ইকায়বা চোপ্পা নংবনি । অদুগা ঙাংলুরবসু কলমগুম্না অচুম্বা ঙাংলম্মু ] ॥

কালৈ পোলাং, হঙোই থৌরাং ।

[ নিংথিনা অমদি চোকশিন্না তৌব্রবা থবক ] ।

কুরু ক্ষেত্রগী লাঞ্জাও হৌবা ।

[ থঙহৌদনা মরম অমদগী অচৌবা তমথিরবা থৎনু-চৈনবা থোক্লদুনা ঈ-নাই তানবা ] ॥

কুম্মৈদা পানবা তুম্বা ।

[ মসুং মতম চাদনা তৌথিবা থবক্কী মৎমদি মওং মরিম চুমদে ] ॥

কুম্মৈ য়েংবা লাল্লোইনবা ।

[ মীয়াম তিন্দুনা কুম্মৈ য়েংবদা খুদোং থিবা নংবা মত্রগা ফুন-চৈনবা থোকপা ] ॥

কৈ লৈবা মফমদা ফুনিং তাই ।

[ খাইনা কিনবা মফমদা অমুকা খুদোংথিবা থেংনবা ] ॥

কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লবা ।

[ খুদোংথিবা অমা কিন্নুনা চৎলগা অমুকা হেন্না খুদে.ংথিবা মায়-য়োক্লবা ) ll

কৈ অতিঙবদা উচি চঙবা।

[ কান্নবা কংলরোইদবা মফমদা থবক তৌবা ) ll

কৈগী মপান নাপীনা তাং, নাপীগী মপান কৈনা তাং।

[ অমনা অমগী মতেং পাংনবদগী নাকল অনিমক্তী অফবা ওই ] ll

কৈস্থু কি, মথিস্থু কি।

( থবক তৌবগী মহৈ ফংনিংবা অদুগা থবক তৌবস্থু কিবা, তৌত্রবস্থু করি থোরক্লদগে খনবা ] ll

কৈনা মযেক মাংববা ?

( মশানা ফবা পোৎ নত্রগা মীদা ফত্তববা মাংহনবা কয়া হোৎনরবস্থু মাংহনবা য়াদবা ) ll

কৈনা মযা হুন্দোক্লুনা চৎপা হৌনদে।

[ মাগী মাগী হৈনবা অমসুং মশা কন্নবা নত্রগা কান্নবা থবক্তা চংবা পোৎজম হুন্দোক্লুনা চৎপা হৌনদে ) ll

কৈনা তোকপা পোকপা হৌনবরা ?

( অফবা মরূনা ফত্তবা পাম্বী হোৌবা হৌনদে। অদুগা মরিল লৈবা, মথোনা লৈবা মীনা কিগনবা মচা পোকবা ll

কৈ মচা চাউনবা য়োক্লগা চাউরগা মপু চায।

[ মশানা ফত্তবা মী অদু মাগী ফনবা হে.ৎমখিক্লবা মীওই অদু মহৈদা মীদুগী মাংনবা তৌরকই ) ll

কৈগী মরেক মাংবা হৌনদে।

( ফত্তবগীসু ফত্তনা অফবগীসু ফবা মশা মশাগী মতিক মগুন অদু তৌথোরকপা থংক্তা মাংবা লৈতে ) ll

কোঞ্জেং কোকফাইনা নোম্বমথৈ নোম্লগা মনঙ্গলদা মরুম থুই।
[ থবক মোম্বমথৈ নোম্লগা কান্নবদি হায়রুনু হেন্নহুম মশাগী বাই-চিনবা থোকপা ] ॥
কোম্মুংগী নিংথেমম্নুবী অমত্তা কৈনা চাবা হৌনদে।
[ চোকশিন্না ভাক শেন্দুনা লৈবা মফমদা থুদোংথিবা অমদি অশোইবা থোকপা হৌনদে ) ॥
কোফু' মনিংদা থুক্সিন্না শিকপা।
( হোৎনবগী মহৈ ফল কংলরোইদবা থবক ) ।
কোফু' য়োনথোক্লগা তুম্বা লেপশিনবা।
( অফববু মাংহনগ্রগা ফত্তববু থম্নবা হোৎনবা ) ॥
ক্বা মতপ অমনা চিন পৈ।
( পুকচেল শেংনবু শিজ-শিথরুবদি মমল হোংবা অচবা পোৎনমু পেনবী ) ॥
ক্বাক ফৌ চাদবনা ফৌ চারুবদা মক্কাৎ শেগাই।
( মশানা হৈনদবা থবক তৌকবদা থুদোং থিবা নংবা ) ॥
ক্বাক্সি কোকিলনি হায়বা বসন্তা য়ৌরগা খঙবা ভন্মী।
( অফ-ফত্ত অমসুং অহৈ হৈত্তা চাং য়েংনবগা খঙই ) ॥
ক্বাক্বা শাইরোংগা।
( অমগা অমগা উনবা য়াদবা, য়েংথিনবা ) ॥

# [ খ ]

খুঙত্রবদি তুমিন্না লৈবনা সনানি।

( নিংথিনা খঙত্রবা হিরমদা য়াম্না তাংলু-শকলুববুদি তুমিন্না তাবনা ফেন্না লেম্মী ) ॥

খরুং মফম চাদবদা থিনবা।

( থবক তৌবদা পোলেপফম খুঙদবা অমদি চেংকশিন্নবা ) ॥

খল্ল-খল্লগা কোযজোম্বা ওক্লে।

[ হন্না হন্না তৌবা থবক্তা হেন্না ফত্তবা খোরকপা ] ॥

খাঙবা কল্লগা ফমেল ফম্মী, শাইবা শাইবগা ওইনম্মী।

( অরা-অনা অমদি অশাওবা কয়া খাঙদুনা থবক তৌবা মীতনা অকবা অমদি চাউখংপা ওম্মী ।

খাঙবু লম মাপল শাংববু মচিন মৈ মুবদা ভাইবি।

( মতম শাংনা কুইনা তৌগদবা থবকপু হোৎনকপদা ভাইরিবা ] ॥

খরা লৈরগা হিজাউনা হিকপ্পা।

[ তৌগদবা লৈরবা অচৌবা থবকপু থোশারুদবদগী মমৈ থংদা অরাবা নংবা ] ॥

খুজাই মপুনা ফাদোক তাই।

( অচুম্বনা অরানবা ওইনা খোকথিদুনা অরানবা মীগী মহুত্তা দদি কংবা [ ॥

খুমুনা মখোঙদা কল্লি।

( থবক তৌনবদা মাগী মাগী লমদা চাউনহনা মুক্লবা ] ।।

থুপ খোংবগুম পানবা ।

( মাগী কনাহ্ নৈজদনা শিদোন্না পানবা ] ।।

থুন্নুং কোক্লাই ।

( মমাংঙৈগী অরিবা লোনচৎ-শাক্লৎ ) ।।

থুৎ হৈবনা থুৎন', চিন হৈবনা চিন্না চাই ।

[ মশা মশানা হৈনজবা থবক্লা মপুন্সি লেম্লবা হোনবা ) ।।

থুৎ ফত্তবদা সেনাপতি ওইবা ।

মিচং ফত্তবনা পুচিংবা ওইবা ) ।।

থুন্তা পায়বা ইতাওগী, য়াদা হুকপা ইচাগী, কুৎ লাওবা ঐগী ।

পোৎ থুদিংমক ঐগী শোইদ্রে হায়বা য়াদে। ঐগীনি থাক্লবা ভবা পোৎ অহু থুডহোদনা মীথুৎ য়োখিবা য়াওই। অহুনা ঐগীবি হায়ববু শিজিন্নখ্রবা অহুনি ) ।।

থুত্তদম্মু থুবী থুনাও নাই ।

( থুৎনা তৌবা থবক্লা য়েংনবদা অমগা অমগা চপ মান্নবা ঙমদবা ) ।।

থুমুগী মথোঙদা শন্না য়েৎপা ।

[ থবক তৌবদা অকা-অপুন্নবগুম হেক হেক অপনবা থোকপা অমদি হৈঙম-শিঙ্কমদবা ) ।।

থুৎকী থুজিবু মিংশেলগী মথৌ নৈবরা ?

( ঈশানা থঙজবা অমমুৎ উরবা অশোইবা অহু চুমথোক্লবা হোৎনবদা মীগী শাওতাক ওইগদ্রা ) ?

থুজিন্দা তুম চঙবা, কাঙথদা লিন চঙবা ।

[ পুক্লিংদা মুংঙাইকম ইরৈ নৈজবা, নিংকোক নিংকোকপা থবক) ।।

খুবক্কী ঈনা লাই শাবা।

[ঐগী ঐগী নকুবা মীশক্লা ফত্তনবা মাংননবা তৌবা ]॥

খুবাইগী বৈষ্ণব অমগা রাংথৈগী হুবানবা অমগা মাৱৈ

(লম অমগী ওকখিদ্রবা অঙাওবা অমগা, খুবাইগী লাইনিং লঘোন্দা চৎলবা মী অমগা ঙাওবা মাৱৈ ]॥

খুবাক নামতা খুবা মখোল হোৌদে।

( অমবা অমগী মতেং নিংথিনা পাংনরবতদা নিংথিনা পাংথোকপা ঙম্মী ) ॥

খুবাক মযাইদা শগুন তৌবা।

( ইহাং হাংবা মফমদা হুরান চিন্থিগী থবক তৌবা ) ॥

খুবাক মথিদগী হৌবা।

( য়াম্না নঙবা করিশু নৈজদবদগী থবক তৌবা হৌবা ) ।

খেবাই হৌববদি খেনম নম্মী।

( ইথক খোংবা, ফুবা ঙথা নৈ থঙনা উশিন্নরনা কা হেন্না হেদোই-হেন্নাও কান্নবদগী চৈ চাবা অমদি মীচৈ তাবা ফংই ) ॥

খোই মহুমদা চৈনা থিনবা।

[ যাম্না মহু শাওগনবা মীওইদা থৎনবা হৌবা ] ॥

খোংজাইদা পকৌবা পীজবগা কদাইদা পানবগে হংবা।

( খুঙদবা মীদা থঙনবা তাকপা মখৈ তান্নগা হেন্নহুম পঙশিল্লকুনা ওন্ন-তৈনবা রাহং হংলকপা ) ॥

খোংবান অপিকপনা মী লোবা।

( ফত্তবা তৌরক্কনি থন্দবা ইচম চথা মীনা মীগী মাংনবা তৌরকপা ) ॥

খোঙদনা চিকপ হুই।

[ ফয়রগনি নিংবনা মমুংদা হেয়া ফংলমদবা তৌবা ] ॥

খোঙ চোংলগা চীন চোংলি।

( থবকপু নোম্লবদি অৱাবন ওইনা থৱদম্ব চাবা কংই ] ॥

খোঙদা নারগা লৱাইদা হিদাক তৌবা।

[ ওন্ন-তৈননা মৱম চাদনা ফনবনি হায়না তৌবা থবক ) ॥

খোঙনা চংনা মাংথিবা।

( ঈশানা ঈশাগী মাংনবা লম্বী থিবা ]॥

খোঙনা চংপা পেন্দ্রহুনা কোক্কা চংশিন্না থনবা।

( অচুম্বা অময়ুং অফবা নিযম ঙাক্কা চংপদা অৱাবা থৱদং ফংলকপা অহু অৱানবা থবক ওইনা তৌরগা ফগত্রা হায়না খনবা ] ॥

খোক মতোল ফীরাল হাইবা।

[ য়াম্না বানা ফিভম চাদনা থ্বাংবা ) ॥

খোঙ্গ্‌াই শংলিঙৈদা যম্না ৱাই।

[ নিংঙাইদবদগী খুদোং থিবা নংবা ] ॥

থাইরমবন্দ কৈথেল কারগা কারোংদা পোং খোম্বা।

[ মফম অমদা মীয়ামণ্ডী ওইবা থৌদোক অমা খোক্লগা মচুগী মিংদা অতোপ্পা মফম অমদা মশা মশাগী ওবিধা থিবা ) ॥

থিক্লোয় অমতনা চাংদম্বা, লাংনা অমতনা পান্দম্বা।

[ অমগা অমগা লিচং-শাজং মান্নবা ) ॥

## ( গ )

গাঙ্গা থকপা অঙাওবা, জুরার শাম্নবা হুরানবা।

( গঙ্গা অমমুং যুগী অয়েবী থবক য়োয়ক্লবদি অঙাওবা অমদি হুরানবা ওইরকই ) ॥

গঙ্গা থাঙকক, য়ুথক চাং।

( যাগী যাগী হৈনগ্রবা থবক অহু নোংমা তৌহৌত্রবদা থবক্লা মতম অমমুং মফম পুরকই ) ॥

গৌরমিঠাই মিশ্রি।

[ মতম কুইনা নারগা নোংমা নোংমগী শোহ্রক্লুবা শিবা ] ॥

## ( ঘ )

ঘড়িগী মখোন্দি পুন্সিগী লম্বীদা চৎপা মতমগী খোঙথাংগা মান্নে।

( অকক্লনা পুন্সিগী লম্বীদা চৎলিবা মতমা ঙাহাক্তু গোখাদে। অদুনা ঘড়ীগী মখোল অহুমক মাবা চৎপগী মখোন্নি, মখৌ পাংথোকনবা মীওইবনা হুংঙাইথোক্লুনা লৈথোকনবা নত্তে ] ॥

ঘী চাবা সাৎ মচি অমা, অহিং তুমদবা স্নার মচি অমা।

( অহাঙ-অথুম্না ঘীনচিংবা অফবা চিঞ্জাক চাদুনা হকচাং ফহনবা অত্তুনা মীওইবা অমগী তৌফম থোকপা মথৌ নত্তে হকচাং ফনবা হোৎনবগা লোয়ননা য়েক্লবনা ঐনা ঊদ-থঙদবদা ঐগী মাংনবা তৌরকই। মহু ঙাকথোক্লবা ঐথোয়না জ্ঞান লৈবা ভাই ] ॥

ঘীগা খাওগা জোৎপা।

( মণ্ডন মায়বা পোৎ অনিমক অয়েবদা মাংহনবা ] ॥

## ( ঙ )

ঙুক য়োন্দনা সেনাপতি কংবা হৌনদে।

( অনিংবা থবক অমা পাংথোকপদা শিবা হায়বা লিংজেল অহু চেন্না থবক তৌত্রবদি মীকোক থোংবা ঙমদে ]।

ঙাগা ঈশিংগা, খোংবানগা থরোইগা।

( অমা মাওত্রবদা হিংবা য়াদবা পোৎশক ) ।।

ঙাথা চাক, উবোক চাক খঙদবা।

( নুপীগী থবক্তি, নুপাগী থবক্তি খঙদনা পংঙাং-ঙাং, পংতো তৌবা] ॥

ঙবাংগী-ঙাথা।

( অহল-লমনশিংগী ময়ক্তা নহা যাওবা ] ॥

ঙাঃ না ঙারেল হৌবা।

( মতিক মপা চাদনা থবক তৌরবনা থবক্তী মহৈ লিংথিনা ফংদবা ] ॥

ঙানা য়া ঙাংগদবদা ঈশিংনা পনবা।

( ইশাগী অনিংবা ফোংদোকদবদা কনাগুম্বা মীগী অকায়বা লৈবা ) ॥

ঙামুগা খোঙবানগা, কাংঙাগা পুত্রিগা। অমখংগা নৈজাম্বীগা।

[ মাগী মাগী মিচৎকা চানবা বেংহনা থবক তৌবা নত্রগা তিন্নবা ) ।।

ঙাবোই কায়গা হঙোই চোংবা।

( মশা মশাগী ওইজবা অয়মুং অপাম্বা উয়পদা য়ৌ-য়ৌ চোংহনা থবক তৌনবা ) ॥

ঙাক্রুম্না উ কাবা মতোল লোমই।

[ মশানা হৈন্দবা অমম্নুং ছুনদবা থবক তৌথোরকপদা অঙকপা অমা ওইনা থোকই। অছুগা তৌরিবা থবক অছুম্বু মপুং ফাবা ওমদে ] ॥

ঙাক্রুম মমৈদা খুজিম্না শিকপা।

[ শেমগৎ-শাগৎপা য়াররোইদবা মকম মশমদা ফবা হোৎনবা ] ॥

ঙাক্রুমগীদমক্তা হঙোইনা জামিন য়াবা।

[ মশাক্তা হিংনবা হোৎনরবা, মীগী অরা-অনা করিমক্তা য়েংদ্রবা মীগীদমক ইচম চম্না তৌররিবা মীনা মাগী অশোই-অঙামগী শরুক পুগে য়াকবা ] ॥

## ( চ )

চফুদি মী মুৎত্তে, উয়ানদি মী মুৎলি।

( এরশাং হাওনা চাগনবা মীদি লাইর তাম্লি ] ॥

চফু-উয়াপ্তম্নু কেৎনৈ।

( কুইনা তিন্নহনা লৈররবদি নোমা ফাদোকপ্নু থুৎনরকই ) ॥

চফু মচেৎ, উয়ান মচেৎতগী হোৎদোকমিন্নবা।

[ বানা বংনা অমম্নুং চাথুঙ-শেৎথুঙনা হোৎদোকমিন্নরকপা ] ॥

চফু কাইরগা কাক্লা হরাওই।

[ ইপোৎ-ইয়ম্নচিংবা মাংবা উরগা ঐবু কন্নকপা মুংশিনদবা মীনা হরাওবা ] ॥

চৎপা হৈরগা লাদা তাই।

[ ঈশাগী মুতিগী শিজিন্নরিবা পোৎপুদি নোংমাকাদোক উবাং মীগী

পোৎলচিংবনা হেন্না ফরে নিংছনা কোয়বি থিক্রগা মীগীনা ঐগী ওইগে হায়বদি য়াদবনিনা কংলক্ত বা মতমদদি ঐগীন খাইদগী হেন্না কৈ থনবা ] ॥

চাগোম্বা চন্দোল লাম্বা।

[ ময়ম চাদনা ওয় কৈবনা তৌবা থবক ] ॥

চাকচা কমকম হুংশিবা।

[ শনিং-মোমনিংদবা, হাওনা চাডনা হুংঙাইনদি লৈনিংবা ] ॥

চাকপাউগা লানবাউগা চাকপাউনা কল্লি।

( অতৈ থবকপুদি চাবগী থবক্রা হেন্না লুই ) ॥

চাখুমদা হুইচঙবা, মীবক্তা হোদোং চঙবা।

( চংথোক চংশিন তৌনবদা ইকায় খুমদবা অমসুং তাখি-তাওইনা তৌনবা ) ॥

চাগনবা য়াংগংবা, শুগনবা লাইরব'।

( চাবা ঙাক্তনা নোইবা নত্তে, শুবা ঙাক্তনা ইনাক খুনবা নত্তে ; মক্কম মতম য়েংছনা শুগনি অমদি চাগনি ) ॥

চাননবগী হুদি লুতোল কাই।

( যাম্না লুনা অমদি চান্ননা হুংশিনা ত্তিন্নবা মীনা করিগুম্বা থৎনরকপদি পুক্সি চুপ্পা মরি অমুক লৈনগন্দে ) ॥

চাকশা চাবা ঙো পোকই।

[ হাথু হাথু তৌবা থবক রাইয়োং-জুগোং চাগন্দে ] ॥

চাক চগ্রিং অমনা চেঙ চেঙকোক অমবু মাংহল্লি।

( ফত্তবা অমনা মযাম্বু চেংহল্লি ) ॥

চারেই থঙনা বাতো'ন তৌবা।

( থবক তৌরবোই অমসুং রায়বোই খুঙনা-খঙনা মী অমুখা হন্না হন্না তৌনবা হায়বা ) ॥

চাক চাম্মী হায়দুনা থুং অনি হুকপা য়াবরা ?

( থবক তৌনিংলে হায়দুনা থবক অদুগী তাঙা পোরম য়েংদনা হেক্তা পংতৌদা তৌবা য়াদে ) ॥

চাক চাত্রিমথৈ অয়ুক্কি।

( মতম নাইবা থবক অদু মীয়াম্না তৌনবগা ঐদি তৌহৌত্রে হায়দুনা অককুবা মতম অদু লেংদনা লৈরি খল্বা ) ॥

চাক চামাং ঈচাওবা।

( মতম চাই চাদে য়েঁদনা থবক অদু নিংঙকপগা হেক্তা তৌনবা হোৎনবা ) ॥

চাক্লা ঐনা চারগা. রানা মীগী ঙাংবা।

[ শেখী শাবিরিবা মীগীদি কান্নবা তৌদনা অতোপ্পা মীগী কান্নবা তৌবা ] ॥

চজিক ঈরি থাকপা।

[ কান্নবরোইদবা থবক্তীদমক মতম থাকপা অমসুং ঙাইদুনা সাংহনবা ) ॥

চনিঙ য়েংলগা চখোং তানশিল্লু।

( হৌজিক হৌজিক্তীদা য়েংলগা থবক তৌগদু, তুংগীদু য়েংউ। ॥

চহি কল্ল অমা লাই নিংলগা চাকমাংদা হৈদোকপা।

( মতম কুইনদগী শেমগৎ-শাগৎলকুবা থবক অদু কহিদু ]লৈত্রবা খোদোক অমদগী সাংহনখিবা ) ॥

চাদশিল্ল চখোমজাও, য়েংদশিল্ল মিৎলাওবী।

( থবক তৌবদা মপান থোংদা থবক অহু হৈনিংদবা অমত্তুং তৌনিংদবা উৎলগা মপুক্কিংদদি যাম্না পাবা অমত্তুং হৈনিংনা থবক তৌবা ) ॥

চানিংবা য়েনশাং হাওই, মুংশিবা মশক ফজে।

( অহাওবা অমত্তুং ফজবা হায়বা পোৎশক অমি অমিনা মওইবে হায়নিংঙাই লৈতনা ফজবা। অথিবা ফত্তবা পুবা থম্মোযগী মথং পোম্না থবক তৌরবদি পুম্নমক অফবা ওাক্না ওই ] ।

চানিংমল্লবদি লেঙ্কুনা তোকই।

( হন্না পাম্নশিনবা পোৎ ফংগদ্দে ) ॥

চামিন্নবা হাওই, পুমিন্নবা যাংই।

( হিন্নব থোদোক থুদিংমক্তা অমনা অমগী মতেং পাংনরবতদা অফ হুংঙাইগী মহৈ যংই ) ॥

চাশি মব্দ হুন্দোকশি মত্তোং।

( তৌরুম্নবন্থ অকাইবা লৈবা, তৌদ্রবন্থ যাদবা থবক ] ॥

চীঙজিন্দা অকুম তৌজগে, পোইম্নুনা মৈনিং কুমজগে।

( চীঙজিন অমদি পোইম্নু থা অনি অমি থবক ম্নাম্না হেন্না নোম্নবা মতমনি। অহুনা অতনবা তনিংদবা মীনা থবক্তগী লৈথোক্নবা উপায় কয়া থিবা ) ॥

চীংদোন্দা তুবগা লোক্তা তাই।

( মথক থোংবা অমত্তুং অচৌবশিংগী তাবা থুদোংথিবা অরা-অনাগী শরুক অহু মথা থংবশিংদা নংগলি ) ॥

চিবানথোংদা লাংবল থোয়হি তৈবা।

মপান থোংদা ফজন। শেম শাহনা তাংবা ) ॥

চিন্না পুৎথরগা শেন্না চাম্বী

[ মীবামনী ওইনা কনাগুম্বা অমগী ওইমবনু থবক থম্বা পাংথোকপনবা লৈরবদা মতুংগী ফিং পাম্বদগী ননাই ওইনা পাংথোক্কে হায়দোকলু-রবদি মতু পাংথোক্লবা হোৎবদা পাঙ্গল অমদি শেল কয়া তিংবা তাই )।।

চিনবান্দা খোয়হি পুক্কুংদা হু।

[ মপান খোংদা কম্নবা শেম শাজনা বা ভাংলগা মনুংদা মীতুগী মাংন-তাক্লবা শিনবা ) ।।

চিনথিবনা লৌশিং শাবা।

[ ইকায় খুঙদনা চুম্বী কাপ্পি খঙদনা পংঙাং ভাংবনা অচুম্বা শাবা )।।

চিরোল চুমকোক পান্দবনি।

[ চিরোল তৌনবগী বাবিদদি বাবিগী হৌরকপা নাইদে ।।

চিল অমতনা লৈ অনি লোংবা।

( অরেপ্পা বাঙাং লৈতবা অমদি অমনু অমনু ভাংবা ) ।।

চুরাম্বাবনা মচা হাৎপা।

( মচাক ফংবদা বাবা থবক পাংথোক্কে হায়না য়াকুরবদি থবক অদু পাংথোক্লবগী মচাক অদু মী অতোপ্পদগী থিক্লবদা ফংদ্রবদা ফনা পাম্নবা অমা ওইদুনমু এগী অরেবা অদু শিজিন্নবদা তারকই ) ।।

চুহি চাবা খুৎতুং ইল্লি।

[ অমুক্তং মহাও থঙথ্রবা থবক অদুদি নিংঙক নিংঙকপা খুদিংগী অক ফত্তগী য়াথুল থহকদনা হেক্তা চংথৈ ] ।।

চুহি চকুদা খুৎ লুপ্লবদি খুৎতা পক্লকপা থবদমু লেকই।

( মীয়ামগী ওইবা কাপ্রবা থবক অম ইশানা শিন্দুনা তৌরবদি কাম্নবা

মহৈ অদু ইশাবা লোয়না ফংত্রবদু নোমজমলগী থরগা ওইরবদু কংই ।

চুনানা যাৎপা থাযাক্তুদু চুহি শঙ্গোম চাই ।

[ মীওইনা পোকপা পুক্নিদা শেৎপা চাবা নিংথৌংত্রবদু বোংবদি ঐথোযগী পুক্নিদা শোইদনা চারকথিনি ] ॥

চোকশিল্লগা চোকল্লম শাই, ফাদোক্লগা ফারা শাই ।

[ কয়া প্যাংবা পোৎ অদু মকম মতম চানা শিজিন্নরবদি পোৎ অদুবা অকবা মথং মথং শেমগৎলকপা ওন্মী । অদুগা ফনা ফবা পোৎশু ওইসনু, বিংথিনা শিজিন্নরা অমদি লোইশিন্না ডমত্রবদি য়াম্না থুনা অতেক অকায় য়াওহনা মাংলকই ] ॥

চেঙ পুরগা চেঙ শিং,, ফৌ পুবগা ফৌ শিং ।

( ঐনা তৌথিবা অমদি মীনা তৌরকপা অদুগী মতুং ইন্না মতিক মপা চানাবা লমন শিংবা ] ॥

চেংপোত্রা মাইবেল তোপ্পা ।

( থাবিতৈদা হেন্না থানবা শিনবা নত্রগা অরুবদা হেন্না লুম্নবা পোৎ হাপচিনবা ) ॥

চোঙবুবা কাইবুব শুবা ।

[ তৌগদোরিবা থবক অদুদা নত্রগা তৌরিবা থবক অদুদা চঙবা হোনবা মী চঙহুনা শুবা ) ॥

চৈশুনা মী খোম্বা

( তৌগদোরিবা থবক অদুগী খে,ৎৎদ ভাব তাহদনা নমহন্না থবক অদুদা য়াওহনবা ] ॥

চৈগুবু করবদি ইবুধৌদস্থু কল্লি।

[ইবেং কংগদবা অমদি পাঙল ওইগদবা পোৎপু লৈরবদি ফনা ফত্রবা শোল্লবা পোৎ অমদি অহলদহ্ কল্লি ]।।

## [ ছ ]

ছারেংস্থু খোঙবা, খাওস্থু থাকপা।

[ অফবা পোত্তা হেল্লা ফল্লবা তৌবা থবক ;।।

ছাইরেং মতুপ শাবা।

( হেক য়েংখিবদা য়ম্বাক-মমুৎ মাল্লনা উবা ]।।

খাইবোংগা কাক্কা উনদা।

( হেক উবদা অমগা অমগা য়েংখিনবা উনবা য়াদবা ]।।

## ( জ )

জগোয়স্থু শাবা কৃষ্ণনস্থু শাবা।

[ঈশা ইতোমতনা পুনশিন্নবা যাদবা থবক কয়া পুনশিন্নবা হোৎনবা ) ।।

জগোয় শাবা হৈত্রগা শুমাংদা তাইনবা।

[ তৌরিবা থবক অড়দা খঙবা হৈবা বাত্তুনা খুলোইত্রগা থবক অড় তৌবদা চঙলিবা খুৎলাইশিংদা যত্তে হায়হ্না তাইনবা ) ।।

জগোয়গা তানগা, পুংলোনগা ঈশৈগা।

( খাদোক্লবা য়াদবা অমি শক্লবা থবকপু অমনা অমগী মতুং ইন্নে ] ।।

জাংকী খুমু শোইবা হৌনদে।

[ অয়াবা মতমদা হৌরককম অমমুং মক্ক করকপা পোক্কনা অকবা পোং ওইরকপদি শোইদ্রবনি ]।।

জীবরু সুংশিবা মীওইবগী ধর্ম্মনি )।

[ জীবরু সুংশিবীবা অমমুং ঐপা মায়না থুনবা মীওইবগী ধম্মনি ]।।

( ত )

তবংদা য়ুম শাবা, লৈনাংনা পন-থিংবা।

( থবক তৌবদা চেকশিন্দনা তৌবগী মতৌ ]।।

তপথবা হাযবসিদনা অথাঙ কনবগী মগুন্নি।

[ অথাঙ কনবগা লোয়নবা থবক তৌগনি। অথাঙ কনবা মী অমা ওইগে হায়রবদি তপথবা ভাই ]।।

তল শিবগা মা শিবগা তল শিবনা লাকচরকই।

[ মীওইবগা চানবগা লৈনরিবা মরি অসি অকৈ পোংকা লৈনবা মরিদগী যাম্না হেনজিন্না থাদোক্রবা মাদনা লৈনবদগী মা লুপা ওইনা লৈবরুদি চিনিল্লক্রবা মতমদদি চাবা য়াবা পোং ওইনা লাকচরকই ) ]।

তল্লবদি তৌক্রবমু, তৌক্রববদি হল্লুরগমু।

( নিংজিং-মাংজিংনা তৌবা থবক ফত্তে থবায়না লেপথরবা অচুদি শিবা চঙবা থিদনা তৌবনা ঐয়োয়গী অপাথা ফংই ]।।

তাবাগী চৈশুনা লেংথোঙ ফাই।

( য়ামদ্রবমু ময়ামদগী থজিক থজিক শোমজিল্লক্রবদি পুন্না পাংথোক-নিংজিবা পোং অচুগী মতিক চাবা শোং ফংবা ঙমী )।।

তাল চাদনা মেলৈ লাংবা।

( মফম অমদি মতমগী চান্নদবা থবক ]।।

তিংখঙ অমা মুরবদি তিংখঙ অমনা হল্লু।

[ য়েরুবা অমনা লাকশিন্নরুবদা য়ামত্রবদা মানা পামরিবা খুৎলাই অহুগা মান্নবা খুৎলাই পাথচুনা অবাবদগী কনবা ) ।।

তিম্প্রাক অশিবনা ঙমু অচঙবা খেম্বা।

( কান্নত্রবা মমল য়াওদ্রবা পোংনা অকবা অমদি মমল য়বা পোৎপু মাংহনগে হোৎনবা ] ।।

তিল্লাইখোম্বৌনা থম্না চাবা।

( য়াম্না য়াংনা অমম্ভুং থুনা লোয়শিন্নকপা থবক )।।

তুমদথা মা হৌদোকপা রাই।

[ খঙনা-খঙনা খঙদবা শাশিন্নবা মীদা খঙনবা তাকপা রাই ) ।।

তুমাই শংবাই অমা চারিঙৈদা মচা তারা পোকপা

য়াম্না নংলগা মচাদি য়াম্না লৈবা ] ।।

তুরোন্নবগী চারোন্নবগী চারোন্নবনা হেন্না রাই।

( মপা তোঙানবা মমা তোঙানবা মচা পুন্না য়োক্ন্না লৈব নুপা নুপী যুম্বানবদা রাই ) ।।

তেনবা হন্নুবদা মরোল তম্বা হুই থোংবদগী হেল্লোই।

( চহি লিরগা লাইরিক্রুচিংবা মহৈ তম্বগী থবক তৌবদা নিংথিবা মপুং ফাবা ঙমলোই ] ।।

তেন্না মপা চুন্নগা উরোরা শাওই।

[ মহৌশাগী ওইবা কাইদনা চৎথরম্বা থবক অদু অনিংবা মতুং ইন্না হোংহনা তৌ শায়বা য়াত্রগা শাওবা ) ।,

তোকশা মখোঙ নাইবনি।

(তোঙো হায়বসি থাঙৈশেংবা শেংবা ওইদবা ভাক্তা ভাংবগা বরে। বাকয় অতুগী তৌবকা মদা অচুম্বা থবদি লৈকয় থোকই) ॥

তে'কপনা যেনগে'ল থল্লি।

(কাম্নগদ্র থন্দুনা লোইরুবা শা নত্রগা পোৎ মথৈ মাংগ্রগা মতুগী মতুত্তা কাম্ব্রোইদবা পোৎ শাক্তা থন্না লৈহৌবা) ॥

তোঙান চাব। কুমদা শেঙ্গ্রাং মথিদা আনানি থুম্নি।

(ঐগী-ঐগীনি হায়বতু মশক খঙনা যুম শাগ্নবন্নবা মতমদা চোকশিল-থোমশিল্লকই) ॥

তোংজৈ ম'বন্দা শামু চৎনবা।

(ওইথোকপা য র'ক্লাইদবা থবক তৌনব' ভাযবা) ॥

(থ)

থুম্বাল হেক্কে নি লগা ভিংখঙ কিহনা হল্লগদ্রা ?

[থবক অমা পাংশোক্কে নিংলবদি থবক অতু তৌরকপদা থুদোংথিবা কথা শোক্লব থাবা অতত্রু শিরবা যী'দ] ॥

থম্বো চাবিঙেদা ত শগা লক্কোহ চাবগা তাবা।

(থাইনা ওনবা ভানবা যাবা মতমদা নওংৌ-তাহৌদ্রগা ভুমিন্না থবক তৌখ্রবা মতমদা হাবা খুঙব) ॥

থবোইনা মিচিকপা শৎ ফংবনি।

[যাম্বা শাওগন্দবা অমতুং ভুমিন লৈবা মীনা শাওঙ্গবদি যান্না থুদোং থি, শাথি] ॥

থাঙনা শোকপদা থুম চাইবা।

( শাঙহুনা লৈরিবৈদা হেন্না শাঙনবা থবক তৌরকপা )।।

থাঙ ঈশিংদা চাম্বা।

( খোঁদোক অমা খোকপদা হায়জবা য়াবা কয়া হায়জরে, তৌবা য়াবা থবক কয়া তৌরবা অহু ফাওবদা খোঁদোক অহুগী অফবা মহৈ কংবগী আশা লৈতবা )।।

থাঙনা ঈশিংদা যানবা মযি তাবা হৌনদে।

( খোঁদোক কয়া. থবক কয়া হন্না তৌথ্রবদা তৌথিবশিং থবক অহুগী তৌথি হায়বগী থুদম লৈহৌদব ) ।।

থাঙকোক চাজবা।

( হায়দোকপ্রবা বাফম অহু অমুক হোংবা বাফম ) ।।

থাঙদোম্বা চোংশিন্নগা মেজ্ঞব ওই।

( শিবা কিদবা মীতনা অচৌবা মীখোইবা ওই )।।

থাঙবা কন্নগা পন্থ্রুংফম ওই।

( লেপ্তনা হোংনা অমদি গুবনা নিংলিবা ঐখোয়গী আশা অহু পাংথোকপা ওন্মী ) ।।

থাওগা ঈশিংগা তিন্নবা।

[ তোংনা-তিন্নবা য়াম্নোইদবা অনি তিন্নবা লৈমিন্নবা ] ।।

থাঙমৈগী মখোঙ মন্মী।

( মশাগী অশোইবা অমহুং অয়ানবা থঙবা ওমদবা ] ।।

থিংেল তাইনবা ওমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনবা।

[ তাইনফম খোকপা, ময়াল পীবা ওমদ্রগা মতু শোনবা অপঙবা মেংহনা তাইনবা ) ।

থি ফাইবনা ইকায়ত্রগা অউবা মীনা ইকায়বা।

( মীনা হঙোযবা থবক তৌরিবা মীনা ইকাযত্রগা অউবা অমসুং অয়েংবনা ইকায়বা )॥

থি ফাইবদবু মচি-মরুমদা ফাইবনি; রা ঙাংবদবু মচি-মরুমদা ঙাংবা হৌনদে।

[ অরানবা ফত্তবা থবক তৌবদবু মচি মরুমদা তৌবনি। অচুবা থাইগী ওইবা অফবা রা ঙাংবদবু লোন্ন-থুম্না করিগী ঙাংগদবনো ] ॥

থিবু য়ৈরগা মাইদা চোংই।

[ ঐগী মমুংগী ফত্তবা অমোংপা রাকম অদু শাওনিংবদগী মীমাংদা পুথোকলুবদা ইকায়বা অদু ইশানা অত্তমক ফংৈ ) ॥

থীক নেম্বনা থা লাম্বা।

( ফংলরোইদবা থবক্তা আশা তৌবা অমদি মতিক-মপা চাদবা হোৎনবা ) ॥

থল্লবা চফুনা মখোল হোই।

( মতিক মগুন নৈত্তবা মীনা নাপল তৌড়না চাউথোকপা ] ॥

থেঙ্গু ঈশিংদা থাদবা।

[ মশাবা পাঁমজবা অমসুং হৈনজবা থবক্তা থাজিনবা ) ॥

থোক্লর-থোগিন্দ্র-তার থবী।

( তুংদা ওইবা রাবা অফ-ফত্তগী রাখল ইত্তো তৌদনা হেক্তা তৌবা থবক ) ॥

থোং ফক্ত মী থোমজিল্লু।

( শোইবা তারবা অমদি খুদোংথিবা নংলগদবা মকমদা মী মরাম হৌড়না তেংবাঙবা ) ॥

থোং অতেকপা মী চংহৈদে ।

[ খুদোং থিবা থবক মতম অমাদা তৌরুদবনা মী অমদি লাইনা ফাওবনা অমাবদগী কনবী ) ।।

থৌবাম্পোং চফুবু কাইনবা যৈববা ?

( ইচা-ইনাও যাম্নকপা মতমদা ফু চৈত্নবা তৌবদি মথে যবু নারম্বা শিন্নমনু হায়না ফুবা নত্তে । ওন্নবা শিংনবা চারত্না বিহংবনি। ।।

থৌবাম্বোংগী থুংনাইবীনা ঙাক্তকপু ঙাংবা মপাল্লা হংই ।

[ যাম্না লাইব নংলবা মীনা অমুক্তং নু ঙাই-যাইফবগী থবক তৌরবা ফংলকপদা মাগী হাম্নগী চেৌরকথম্ন কাউবা ] ।।

থৌবুবনা মথোদা পঙই ।

[ কনা হৈ-শিংবা মী ওইতুনমু মাগী মাগী মথো-থাক্নবদি পঙশিলগল্লি ] ।।

("দ )

দাশাগী মতাংদা বাইক চঙবা ।

( বারি নঙলিতৌদা খুদোং থিবা নংবা ) ।

দাকুগী মথুত্তুগী দাকাতিনা লাকপা ।

( মানা ঙম্বা মী অমদগী লাক্লকপ, মুনকপা গোং কত্নু মাগী থুঙগী তৌবা ঙম্বা অমনা অমুক লাকথিবা, মুনথিবা ) ।।

দান হেন্না তৌরুবদগী বলিনা লৈথা তাখি ।

( দান তৌবা হায়বসি অকবা থবক্নি । অহ্নবু মকম মতম চাদনা হেন্না তৌরুবদগী বশিনা লৈথ' তখি ) ।

দোলাই তোংবগীদমক য়াইকুপ পুবিনা থাবিবা।

( থারি নংলিবা মীনা মুংঙাইবা মীগীদমক অয়াবা য়াথল থনবীবা( ll

## ( ধ )

ধর্ম্মনা শিদনবা লেংদবা উপান্নি।

[ লান্দবা অমাং-অতা নৈতবা মীশক ওইরকই ] ll

ধর্ম্মা লৈবা মফমদা জয় লৈ।

[ অচুম-অয়ান মশক থঙনা অয়ানবু থাদে জুনা থবক তৌবমা মমৈদা জয় ওইরকই ] ll

ধনিদা য়াই ওনবা।

[ পোংকী মশক-মতৌ উদনা পুক্লিংজনা থাগত্তুনা পোংকী মশক মতৌ, মতিক মগুন খঙদোকপা ] ll

ধাবা মবি তৎপা যাদে, নোবো মবি কাযবা যাদে।

(মফম মতমগী মতু ইম্না হোংদবা য়াদবা, অদুগা মশাগী লিচৎ-শাজৎ-তি হোংলুররমু মতম অমদা মশা মশাগী হৈনবী লিচৎ অদু মশানা নত্তপা মগী মচ মগুনা চৎলকপা ] l।

## ( ন )

নচা লোথোকউ ইচা শুমগে।

( মশাগী মপোৎ অমদি থবকা লুনা থল্লগা মীগীনা কয়িদু লৈতনা থন্না তৌবা ) ll

নমুম পাল্লে কোম্থাঙ লোল্লে, নচা পোক্লে শিংচেপ থারে।

[মীওইবনা অরা-মুংঙাইশী থাক য়েঁানবা হোৎনবা অসি মুম-কৈ পা ক্লিকৈদা হোৎন হৌগদবনি। মচু নত্রবদি মুম হেক পানখিবদগীদি ইনিং ভগ্না শুবা চৎপ অসিনচিংবদা অখিংবা পীবা হৌরকই]।।

নহানা মাইবা শাবা মড থল্লি।

(থঙলম থঙফানিবা মীশিং অচুনা মহৌশানা অথঙ-অহৈ শাজ-নিংই। অচুগুবা মীওইশিং অচুনা ভোব থবক অয়াবদি অশোইবনা নম্মী] ॥

নাইত্তোম চাব' যন কৈনা চাই?

[মাগী মাগী কাংলুপতা লৈনিংদবা, ত্তোপ্না লৈনিংবা জীবদি খুদোং থিবা নংই] ॥

নাওফন্না মমা চেন্নবা।

[হেন্না লুবা থবক্তি পাংথোক্লগা করিস্ত লৈতবা থবক্না থৌশা চৌদব-দগী মাংননবগী মশক ওইরকপা ;॥

নাচল ম থনা প হোম্বা

(য়াম্না বিংথিনা ঙাংন শানগ্রবা থবক অচু কদিসু লৈত্রবা মরম অমদগী অমুক নৌহৌননা থৎনবা)॥

নাম্মা হায়বিদৈদা যাদ্রগ পাবোৎ লোয়গা য়াবা)

[বি থিনা ঃাবারৈদা যাদ্রগা অঙবা অমনা থবক অমা অমুক্তা দগি ওইনা নমচুনা হায়বা কান্দা লমহেবা যাদ্রনা য়াবা]॥

নকোক-নরা পানবা।

(ইমুং মচু'গী অহল লমন অমদি মপা মপু ভনা লৈনা)॥

নামৈ চক্কন' শম্বা।

[ য'ম্ম' নংনা অমদি লৈজদনা শেৎ চাবা ) ॥

নত্তিন্নি নরাইনি লাইগী কাইদনবনি

[শিঙ্গোং খুত্তনা শুতুনা মীগী ঐগী নাইদনা অক-ফত্তা য়েংদনা নোংমগী শোইদনবনি হায়তুনা শুরোইদবনি ] ॥

নিঙাই ফত্তবা অঙাংনা ঙমোক য়াম্না চাই।

[ ময়ামগী ওইনা পোৎ চৈ পীবা য়েন্নবা মতমদা মমুং হনজিন্না খিবা অমম্নুং চক্রি তৌবা মীনা থন্না হেন্না ওইজবা ফংই ] ॥

নিঃঙান্না কপ্পগা সনা থোকই, পিবানা নোক্লগা মনি থোকই।

( মচা নিঙোল ওইবীশিংনা মথোমগী নিংবা থুংলকত্রবদা কপশিন লৈশিন্দুনা লৈরবদা মথোমগী অপাম্বা অহু ফংই। অদুগা মচানুপা ওইবশিংগীদি শেন্দবা শাগনিংবা কয়া লৈরবসু তোথোরকপা থবক্তা কান্নপদবা হেক্তা মাল্লি ) ॥

লিবদ পারক্লে শেন্দোংনি, পারকত্রে মহুৎনি।

( নিবদা ফংবা পোৎ মমল যাওদবনা শেল্লেপ য়াওদে, চঙদে অতোংবা ঙাঙনি। পীরঙ্গগা অমাঙবা কয়িসু লৈতে হায়না নিবা হঙ্গোইদবা ] ।

নিপানা মুমদগী হেক থোকখিবদা শাফম-লানফমনি।

( যুম পানবা মতমদা নিপা হায়বাসনা যুমগী অচোবা অকবা থবক পুই। অদুনা থবক খুদিংমক ঙমবা হোৎনবদা শাফম-লানফম কয়ামাঙই ) ॥

নিংঙোল থুমশুংবনা থুম থাক্তে।

( মখুক্তা থোকপা পোৎনা মীযামগী তঙ ইঙদবনা হেনজিল্লক্ৰবদি মশাগী চাকনবা ফংদ্রেদবা ) ॥

নিংথৌগী মপোক্তি যেংতুম পুন্না তাই।

( লৈবাক নিংথৌগী পোক্তি অগুকী মতিক কুপ্নিনগনি কুপথবা যেংতুব অদুগী মপাদা পুম মনা অমা লেংদুনা কুপথ্রবা মথুন অদু অমুক হুংপা ) ।।

নিংথৌগী মনা কক্লাংদা থেংপনি।

( লৈবাক নিংথৌগী কাযনবা অমদি কত্তগা বাদি তাবি উবিনবা ইনাক্তা লৈতে নিংহুনা ভাংনরুরগা মকম অত্তমক্তদা তানবা শোইদনা : লৈরম্মী ) ।।

নিংথৌদম্মু মৈতাল রাংলি।

( অব ৎপা হায়বসি মীওইবদা অমুক লোইবা নাইদে। ইনাক থুনবা সনা লুপা মর ং কাইনা লৈরবা মীস্থ সনা-লুপা অদুনা ওইহল্লিং-লিবা পোংশক অদু হেক্তা ওইহনবা য়াদহুনা মমল টর্রাই লাইবা পোক্তস্থ হেক্তা রাংলি ) ।।

নিংথৌদম্মু মতুংদা নপা চৈ।

( তুংদদি মীনা মীগী অফ-ফত্ত ভাংন-চৈনবা হাবসি ঃক্ষৌনশ নি ) ।।

নিংথৌগী লাইবক্কা মুমদিন্নবা।

( লাইবক ফবদগী শেম্বী শাবিবা ঙম্বা মীগা ভিন্নব্বা ফংখিবদগী মুংঙাইরা ) ।।

নিংথৌ মনাই পিকপবা চাউবরা যেংউ।

( লৈবাক নিংথৌগী থবক তৌবা মীদি ফম চাউর-চাউরগা পুকচেল চাউই অমসুং মীনুংশি থঙই ) ।।

সুং অনিগী মরক্তা হা ওইবা।

( পুনশিন তাইশিন্নবা অনিগী মরক্ত থবক তৌবা ।

মুঙ অত্তেকপা শম্বা।

[ অমুক্তং য়াখিগ্রবদা য়ানবা হোৎনবদা ক'ম্নবা ফংদবা ) ॥

মুঙগা যেরুমগা কাওনবা

( মপাম্বোংদা কল্লি শিংই ঙাংনবা মীনা য়েংবদা কম্বিহ্ নৈতনা উবা মহুংদদি মথৌনা মখিংজেল য়াম্না নৈবা মীপা মুরুবা অমদি ফুন চৈনবা ) ॥

মুঙদা লাইবিক ইবম্বা।

( মতম কুইনা মীয়ামা কাউনহৌদনবা তৌরবা থবক ] ।।

মুঙদা ঈশিং চাইবা।

[ থবক কয়া তৌরুবগী কান্নবা করিম্ হ ফংদবা ) ।।

মুঙনা মহি চেনবা পকচদে।

( থম্মোয য়াম্না দম্বা তৌবা ঙম্বা মীনা মীগী অবাবা মুংঙাইতবা থবক কয়া তৌকবদগী তু'দা মশা মতোমতা মীয়াম মমাংদা মুংঙাইতবা কৌ'দোকপা ) ।

মুঙ ফুৎপা মহি চেনদে।

( থবক অমা তৌবদা মতম য়াম্না কুইনা চঙবা অমদি মহুগী কান্নবা করিম্ হ ফংদবা ) ॥

মুপীদা অচেৎপা বা তাকপ।

( হায়দোক্লমুশি হায়না চেৎনা ঙাংনথিবা বাকম অত্রু মুপী মখোয়দি মখোয়গী অনিংবা অমদি শাওনিংনরুবা মতমদা অশ্বাকপা নৈতনা হেক্তা হায়দোকখি ) ॥

মুপী মমাং পামবোম তিংবা।

( অপঙব মীশিংনা মতিক-মথৌনা নৈতনা মুপী মমাংদা য়াম্না কনবা

হৈবা শাজনিংই ) ॥

মুপী-মুপা য়ুম্বাম্নবদি চাকতিন্নবনি।

[ মুংশিনবা অমমুং শমাজগী চংনবী মরি থবতনা মুপী-মুপা পূন্না চৈশিন্নবা য়ুম্বাববনি । অদুবু চৈত্রবা অমদি থোঁশানত্রবদি কয়িমু চৈতে হেক্তা কাইনবা য়াই ) ॥

মুপীগী য়ুম্বাক চৈতে, মনগী শঙ্গোল নাইদে।

( মুপীদি চহি থরজনি মশাম মযুমদা চৈমন্নিবা । মথোয়নবা অতোপ্পা শাগৈ অমগী ইযুং অমদা ওংখিদুনা মথোয়গী য়ুম্বাক অদু ঢোংদে কখি । অদুগা মনমু মদু মঙাই, মপু অমনা হেক চৈখিবগা মথোয়গী শঙ্গোল হোংই ) ॥

মুপীদি অমুত্রগী মালেমনি, তমখিবা ছুনি।

( মুপীনা য়েক্রুবা কয়া থোকহল্লি, মুংশিনহনদে অমদি থরাই ফাওবা মাঙহনবা ঙম্মী । অদুগা মথোয়গী মুংশিরবা থোঙ্গেল, য়ারা অমদি গুম্মৎনিংঙাইগী মশক ওইরবা হকচাংগী কয়াৎ কয়ানা মুপাগী তমখিবমু মাংহল্লি ] ॥

মুপীনী পুকচেল থম্মোয়দি গ্রাসকী ঈশিংগীগুম্বনি।

( মুপী ওইবীশিংদি মহৌশাদগী হৌমা থম্মোয় পিকই অমমুং থোং নৌবতনা মথোযগী শাজৎনি । অদুম ওইনমক থম্মোয় থম্মোযগী মুংশিনবা কয়াগ' অথোয় অহেন চাংদম্নকপা মতমদা হান্নদগী হেনবা অমগী মুংশি য়ারা তাবদা মপূক্লিং থুনা ওনখিদুনা অহেনবা অদুগীগা অমত্তাওইখি ] ॥

মুমিংকীদমক ছুইনা বাবা।

( অরেমবা মীগীদমক্তা মরম চাদনা বাবিবা ] ।

মুমিৎ থাবু ছুইনা চাখিত্রা ?

( ঙসিনা অৱোইবা মুমিংকী তাক্লা নত্তে )।।

মুমিংনা নোংচুপলোমদগী খোবকপ।।

( ওইখোক্লরোইদবা থবক্তা ওয়া তৈননা তৌরকপ্পা ] ।।

মুংঙাইবনা অরাবা থঙদে।

( অরাবা খুদোংথিবা থৌদোক নংত্রিবা মীনা অরাবা মীগী মথক মুন্না থংদে ) ।।

মুংঙাইবা মপাল তাংদে, লাইরবা মউ, মক্ম লিংদে।

( মুংঙাই-য়াইফবা হায়বসি ঈশা-ঈশাদা লৈরে। মীগী মতেং লৌড়না মুংঙাইবদি থর মথৈগনি। অদুনা মুংঙাইবগীমু মুংঙাইবা, লাইরবগীমু লাইরনা অদুম হিংঙ্গনা লেনবা ) ।।

মুংতিগী খোঙবা কৈ কিদে।

[ য়াম্না কিবা হঙোয়বা পোংশকপিং অদুমুমিং খুদিংগী তত্তনা থেংনরবদি কিবগী চাং অসি অগুর অগুন হুহরকই ) ।।

মুংতিগী চাবা যেনশাং হাওতে।

( মুমিং খুদিংগী অমদি তত্তনা তৌবা থবক অদু তনশিল্লক্তুনা অনৌবা থৌওং অমা অমুক য়েংবা পাম্লকই ) ।

মুংশি থৌবিনা উইববা ইকায থাংনা থৌবরা ?

( মুংশিনবা হায়বসি অমগা অমগা হেক্তা ইয়াই লাইনা তংনবা য়াদে। মথোয়গী লৈনমিবা মরি অদু কল্লি, অদুবু ইকাযবা কৌবা অদুগী মকমদদি মথোযগী মুংশিবগী কল্লবা মরি অদু শোঙ্করকবা নত্তে ) ।।

মুংশিং শিত্তনা উনা লেংবা হৌনদে।

( মীনা ভাংনবক্লবা হায়বসি ইত্তৌ তৌক্লদবদি নত্তে ) ।।

নোং তারগা থিগং পোপথোকই।

[হান্না তাংমন্নবা লোইথবা বাকম অমসুং মরি থজিক্তং লৈরবা থোদোক অমতং থোরকপদা ইনৌ নৌনা অরেমবা অমুক তাংনবা ) ।।

নোংমদা পোকপা মচানা নিনি শিবা হৌনদে।

( মীওইববা অমুক্তি শিবা তারবনি। শিবতুরম্মা হেন্না কিবদগী তৌকম থোকপা থবক অমসুং তৌদবা য়াদে ] ।।

## ( প )

পাও তাগে হায়ববদি লমাইদা কুম্মু।

( সহরদা থোকথিবা অচথা থোদোক অমগী পাউ অমসুং লমাই য়োবা মতমদা হেনগৎ-থোইগৎনা হাপচিন্দুনা অচৌবা থোদোক অমা ওইনা তাই ।।

পাউরৌদগী পাউতাক্লা হেন্না চাক চঙই।

( চুম্না থওবদগী থুদমগা মান্নবা পাউতাক্লা চোকশিল্লবা মতমদা অচুবা অক্কবা ওইরকই )।।

পাপ্পা পাপ চাই।

( পাপকী থবক তৌরবদি পাপকী মহৈ ফংই ) ।।

পাপ্প শেবোৎ মাইরেন শিবগুম শিবা।

( থোদোক হিরম কয়াদা অকবা অমম্তা থোকরবা ] ।।

পাপকী পৈশা নৈ পাওবা চৎলি।

( ফত্তবা অমদি চুমদবা থবক কয়া তৌরবদগী যৎলকপা শেল অমসুং ফত্তবা থবক অমসুং শেংদোক্লবা হোৎনবদা অতুবক চৎলি ) ।।

পাঙলগী ষন অবাংবা, মৈতৈগী মমাং শংঙ্গান।

[ মী-মীগী অশাবা পোৎশক তিন্নদে। অদুগা শামজিবা অদুগী মরমদু থিনলিংঙাই লৈতে। শামজিবা পোৎ অদুতা ফংনবা হোৎনবদা শেল অমদি মতম হেন্না মাংহনৈ ]।

পাঙল থৌনাইদবনা থোইদিং পোম্মা হৈদোক্নগা থুল্লি।

[মথৌ লৈতবনা অৱেষদা কান্নদবা থবক্তা মথৌ শাহনা থবক তৌবা] ॥

পাথৌ ওকায় লান্দা শি

[ লুনা চান্না তিনবা মরুপ ওইরবদু ইকায়বা য়াবা থৌদোক ফংনরবদি য়েংথিনরকই ]॥

পামেল কবি উনা শাবা তরেঙনো শিঙ্গংদদা শিনগাওবে।

[ তৌবিবা থবক অড তৌবা হৈত্রগা অমদি হৈনিংদ্রগা থবক তৌরিবা থুংশাইশিং অদুদা ফত্তে হায়দুনা তাইনবা ]॥

পাম্বা মমৈ ওইববুদি তোকপা মকোক ওইবনা ফৈ।

[ কয়ে. হৈরব হায়নবা কাংবুগী মতু দা নপচ তা জফগদবগী শক্তকপুদি হৈথোই-শিংথোইদ্রিবা মীশিংগী মবত্তা মকোক ওইহনা থবক তৌবনা হেন্না ফে ]।

পাঙ্গলনা শ ফাদে, লৌশিংনা শা ফাবনি।

[ অচৌবা অমসুং অক্লবা থবক ঙমগে হায়রবদি পাঙ্গলতনা চংনরক্তে, লৌশিংনা লাকচরকই ]॥

পরিংদা শেম্মুং তোংবা।

[ পরেং অমত্তা য়য়াম চপ মান্নবা লৈবা ]॥

পরি থমদোক শঙম হনজিন।

[ হাপচিন থমজনবদুদি সোৎথোক কায়থোকপনা হেনবা থবক ]॥

প.ৎন্সিতৈদা হয়িংদগী নোনজো ।

[ অবাবা তাম্ববা মতমদদি তোল্লবা মী ফাওবা হাযজো-নোনজো হায়বা ) ॥

পীক্লা মরূম কাবা

[ মশাগী ফিভমগা চানদবা নাপল তৌবা ) ।।

পীক্লবস্থু ছারেং, চাউবস্থু ছাবেং ।

[ পীকপা চাউবা খেৎনরবস্থু মাগী মাগী কাংলুপ্তগী তোঙান তোঙান তাদবা । ]।

পীক্লবা ঈশিং মাপ্‌গী পাক্লবা সমুদ্রা ওইখিবা ।

( মপুং ফাবা পোৎশকশিং অসি কুপ-কুপ্লবা মচেৎ-মচেৎ কয়া কয়ানা পুনশিন্দুনা অমত্তা ওইখিবনি । অঙনা অপিকপবুস্থু লাইগন্থু ] ।।

পীক্লবস্থু চম্প্রানি ।

( পীশক পীক্লবস্থু তৌথোরকপা থবক্তা মগুন কৈবা )।।

পীথোক্লগা হেনগৎপদি মহৈতনি ।

( মহৈ, জ্ঞানদি মীওোন্দা তাকপী তম্বীরগা ঐ ইশাগী চাউখৎপা হেম্রত্রম ওইত্রবা মপুং ফাবা হেনগৎলকই ) ॥

পুকপ থল্লবদি ছাবেং খোংবস্থু হাওতে ।

( ঙম্ব, ঙমত্রবদি অকবা পোৎস্থু খাদোকই ) ॥

পুক্লুংদ চু ফুস্বা, চিম্বান্দা খোযহি তৈবা ।

( ঙাংবনা অমা, তৌবনা অমা তৌত্নুনা চিদবা শেম-শাত্নুনা ঙাংলগা, পুক্লুংদনা অমা থনবা ) ।।

পুক অফবগী শরুক থুংদে ।

( পুক ফমল্লবদি ইশাগী ওইরবা মাংলকই ] ॥

পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোয় শাবা।

( মকম মতমগা চান্নবা থবক তৌবা ] ॥

পৃথিবী কোকথোংনাগে তৌববু ফৈজা লৈতজনা তোকই।

( থবক তৌনিংবা অমদি ভবগী গাক্লদি লৈরগা পাংথোক্লবগী পাম্নবেদি লৈতবা ] ।।

পেনা শেম্লিভৈদা শামুবৌ য়োই।

( থবক তৌগে অমসুং যাওগে হায়না ইশাগী ফিভম শেম-শারিভৈদা তৌরিবা থবক অদু লোইখিবনা হানখিবা ] ॥

পেবেৎনা মচা চাউবা ভাঙনা।

( ঐনা তৌগদৌরিদা থবক্তা অয়েংপা অপনবা পীবা মীদা ইশাগী পৌকম থোকপা থবক লোইদ্রিবা ফাওবা হায়জ নোঙ্কবা ) ।।

পেৎনা চেঙ চঙবা, নৌনা মীনম্বা।

( মতৌ মান্দবা মীনা মাঙবা য়াবা নত্রগা শিবা যাবা থবক তৌবা অমাদ য়াথন থনবা ) ॥

পেমা যেলহৌ ফবী যাগেল তোলোই য়েংনশি।

( ইশাগী চংদবা য়াদ্রবা প্রোৎ অদুনা থরা মরাং কায়না লৈরিভৈদা য়াৎলরোইদবোই নিংতনা হেনজিন্না শিজিন্নবা অমদি চেকদিল-হৌদবদগী মমৈদা অরাবা ওইরকপা ) ॥

পোইনুদদি হৌদোং ফাওবা শিজিন্ননিংই।

[ মতম নাইবা অচিনবা থবক থোকপা মতমদদি লেন্না লৈবা অঙাং-নচিংবা ফাওবা থবক অদুদা যাওহন্নীংই ] ॥

পোইনুদদি উচিদসু মুপী তরেৎ লোম্লি।

( চান-থক্কবা, মহৈ মরোং মরাং কাইনা থোক্কবা মতমদদি লৈত-লাইরবা মী ফাওবা মাগী মাগী হোৎনহৌনবা কন্না নোমই )।।

## ( ফ )

ফত্তবা মীদি শিববস্তু মরুনা য়ুই ।

( ফত্তবা মীদি মতম পুম্নমক্তা ফত্তবদা তৌই অমসুং ফত্তবদা থল্লি। মরম অদুনা মানা শিরবস্তু মাগী ফত্তবা রাখল্লা পুথোক্লবা থবকশিং অদু মীয়ামগী খুদোং থিনবা ওই )।।

ফত্তবা মীগী শিদাক লৈবে ।

[ লাইনা খুদিংমক্কী ফবা ওম্বা হিদাক থিবা ফংলবস্তু পুক ফত্তবা কৌবা লায়না অদুনা নারবা মীনাদি শনবা হিদাক থিবদা ফংদে )।।

ফদিগোম হুল্লগা পাখে ম হোবা হৌনদ ।

( অফবনা অফবা পোকই, ফত্তবনা ফত্তবা পোকপা তঙাইখদ্রবা হৌনশানি )।।

ফদিনা যোম্বা স্না ।

( মশানা ফজবা অমদি অফবা পোৎ অদু কজদবা ফত্তবা পোৎনা য়োমশিল্লবস্তু মাগী ফজবা, অফবা অদুদি মাংথা যাদে )।।

ফনবা শেন্নদা হিগাইরা ওনবা ।

( ফনবা অমসুং হুংঙাইনবা গোৎনখিবা থবক্কী মহৈনা অশোইবা অমা লৈথিবদগী ফত্তনবা রানবা ওইনা থোকখিবা )।।

ফম্বা চল্লগা তিম্বা চল্লি ।

[ খুদোং চাবা থরদং ফংবদা নত্রগা ফংনবা হোৎনকবদগী থরা ফংবা ওম্নবদা লোম্নন্নক মাগী ওইরগে হোৎনবা )।।

কন্ন-মুণ্ডগুম্বা, চৎলা-মুংশিংকুম্বা।

( অরুবা থবক কয়া নৈহনম্ন হৈনিংরবদি নিংঙাইদনা নৈংখোকপা; অদুগা হৈনিংলগনা মতম চাই চাদে য়েংদনা হেক্তা তৌবা অমদি চৎপা ]।।

ফক্লাংদা শৈতুম্না খাবা, নৈপাক্তা খুতুম্না শুবা।

( তৌরুবদা পোইবা নৈরবোইদবা থবক ) ।।

ফুদিত্তা মাংজোংবা, লৌশিত্তা খাজনা থিবা

[ কান্নদ্রবা থবক্তা পাক্নল অমদি শেল তিংবা, মাংহনবা ) ।।

ফুব-ফুবগা চাউবা।

[ বাসন্ন নংলসন্ন হায়না হোৎনবগা হেন্না খোইনা পোৎলকপা অমদি নাপল তৌরকপা ] ।।

ফৌ-শংবাই অমদি মিহৌরুদে, ঙাখা তুঙ্গোল অমদি মিহৌই।

( অয়াবা অমসুং অতাংবা পোৎ ঙাক্তন্ন মিহৌনবা নত্তে, কান্নদবা নৈরবদি মমল হোংবা পোৎতন্ন থক্তিদন্ন মিতৌই ] ।।

ফৌ শুবগুম হায়রগা চেঙ চোইবগুম নাম্থোকপা।

[ যান্না চেৎকশিন্না ঙাংনবা থবক অদু ইরাই লাইনা নাম্থোকপা ) ।

ফৌ মরা অমগী মমল শিংবা ঙমদে।

( ঐখোয়বু থাকশিবা ঙম্বা পোৎ অমদি লক্কম নৈবা পোৎশকপু ঐখোয়না লোন্না শুপ্না লৌক্নবদি মদুগী লোয অদু কোকপা ঙমদে ]।।

## ( ব )

বাবোন হৈতবনা পোরোক শোম্বা।

( নিংথিনা ময়েক মশেল থঙদনা ঙাংবা অমদি ঙাংনবা য়া ]॥

বামোন্না লৌউবা, মৈতৈনা লাই লাৎপা।

[ মাগী মাগী মনাৎ নত্তবদা থবক তৌনবগী হৌনবী নিংঙক নিংঙকপদা পাংথোকপা থবক )॥

বামোন্না কেগে হায়না কেরবদা মনাইদা ইবাইতোন কৌবদগী হেন্দে।

[ মফম মতম অমম্তুং ফিভম য়েংদনা য়াম্না কেথ-নৌথবা তমদি খোন্দা মেঙবা )॥

বোম্র' হৌবগা পোক্লাউবীনা লোয়শিনবা।

( অহানবা হৌবদা য়াম্না চাউনা হৌবগা লোযশিনবদনা মচানা লোয়ন্দূনা নিংথিনা তৌদবা ]।।

বিধিনা তমগ্রবদি ককপা ঙমদে।

( থোকগ্রবা থৌদোকপূ হনবা য়াবরা ? ঈশ্বরগী নোংদর'ন )॥

বিধিবুদ্দি কর্ম্মনা কল্লি।

( কম্না থরায য়াওনা হোৎনরবদি ঈশাগী অফবা লাইবক ঈশানা লেপচবা ঙম্মী ]॥

## [ ভ ]

ভাবনা দলান শাবা, দাষানা নিংখাইবা।

( পুক্লিং অমম্তুং রাথন্নদা পঙনিং নিংবা, পঙথম থবব খুত্তি থুক য়াওদবা থবক্তী মহৈ মিংনা উবা ফংদবা ]॥

ভাব ফরগা পেনা মখোল তাই।

( অনিংবা অমা মতম কুইনা খৌরাংনা ভাইররুবদি অতোপ্পা অমা অযুক নিংউদবনা ভাইরিবা পোৎ অদুগী মখোল নত্ত্রগা মথক ভাবনা হেক হেক তাবা ফংই ] ।।

ভারি চাকচা, মেলা খোদৌ।

( থবক তৌবদা মফম মতম থওদনা তৌবা ) ।।

ভীম্না চাবগা শোকনিনা ফাইবা।

[ মী অমনা তৌবা থবক্কী অথ-ফত্তগী মহৈ অদু অতোপ্পা মী অমনা ফংবা ) ।।

( ম )

মুথা থংবনা মথক থংদদা থঙত্রা হংবা।

[ মাইথিবা ফংলবা মীওইনা অঙবদা শিংবগী মতৌ ) ।।

মকোব-মরু পান্দবা।

( মপুরোইবা অমদি মচানচিংবা অমত্তা লৈতবা মী ] ।।

মখোঙদা ঈশিং চাইবতনা থম্বালনা হুমিৎকা মরুপ ওইবা ঙম্মী।

( লন থুম রাত্তনা লৈরিঙদা মকপ বাত্তে, হায়কবা খুদিং মুংশিবী। অতুগা লৈমকু্রবা মতমদদি মখোয়তুনা যেক্লবা অমা ওইরবই অমসুং মাংনবা তৌরকই ] ।।

মরোল লোনবা মী তিম্নরুগমু থাজরুগনু।

( ঐগী ঐগী জাৎকী ঈ তিম্নবা অমদি ফোক্লেৎ-চাকচা মাম্নবা ইরৈবাক্কী ইরোন্দা চৎববা হায়বশিনা ঐগী জাৎপু মুংশিবনি ) ।।

মতৌনা যাম্না হৈবা খৌবা শাবন্থ কান্নদে।

( খঙবা হৈবনা খরদমক খঙবা. অহুগা মীগী অশোইবা উরগদি মরামদগী শুমহেন হেনবা শান্থনা অখঙবগী লমীদা শি.জৈ ) ॥

মকন্থীনা মরল ফোইদৎপা।

( শাওনিংবা অমদগী মশাগী ওইজবা মাংহনবা ] ॥

মঙদা মঙ্'া তানবা।

( শিগ্রবা মী অমুক হন্না উবা ফংদবা ] ॥

মঙদা শন্নরিক শিবা।

( বাথল যাম্না নুংঙাইরিবৈ মতমদা শক্তিগী বাংমদা লৈথ্‌বা পোৎ চৈ অত তাবনা শেমগৎ শাগৎপা ) ॥

মঙলান্দা য ই মুন্নবা।

( মমল যাম্না অফবা পোৎ অমা মরৌ লৈবা মীগা মুন্নহুনা তান্নহুনবা যেন্নগে খৌরাংবা ) ॥

মচা পোকপা লৌবঙনগনু।

[ মচা অনৌবা চেনবা মমাদি শিক্লিবা মচাগী নিঙাইগী মথা শোল্লি ॥ মরম অহুনা মাবু শোইবা য়াদবা থবক্তা যাওরুনবা হায়না শিঙনকপনু ) ॥

মচা চ বদি পুরুংদা চাল্লু।

( ইচা-মীচা খঙদনা মীগী মমাংদা ফনবনি বারকলিবনি হায়রুবা কু- হৈহুনা তৌবনা বারিনবদগী লেন্দে। ইচাবু ফনবা শিনবা অমদি চানবদি ঈশাওগী ইথৌনি, ঈশাঙনা খঙগদবনি ) ॥

মচাগী মপান কপ্পা চাই, মরাগী মপান নোক্লা চাই।

( মীওইবনা মচা হু শিবা অহুক মমাবু হুংশিবা য়ৌনা হুংশিব'

ঙরদে। মরম অহূনা মচাবা লুরক্নবা মতমদা, মমাবু লাইথোরকই। মতম অহূদা মমানা মচাগী মপান চাবদা মবুক নুংশিরকই। অহূগা অহূগা মপুরোইবগী মপান চারিঙৈদদি নুংঙাইনা (নোক্না চাই)॥

মপা-মপুনা কৈরাক থারম্বা

[ লৈথিরবা অহল-লমন্না তুংগী মচা মশুগীদমক কননবা লেম্বীরম্বা লম্বী ) ॥

মপাম থাবৈ অমা, মবা মযুম থাবৈ অমা।

( মপামগী চৎন-লোনচৎকা ওৎশুরিবা নুপা মযুমগী চৎন-লোনচৎকা মান্নরবসু অনিওমকী চান্নবা চৎপা হায়বসি নুপা অহূগী হৌনবিনি) ॥

মপাম চাকসু চাদ, মবা চাকসু চাদ ; কহামাঙ খুজাই কাই।

[ অসদসু অমদসু কান্নবা ফংদবা মরক্তা মাংবা ] ॥

মপাম শন্দগী কৈনা চায়।

( খুমদং কান্নগদ্রা নিংহূনা হৌক্নবা থবক্তা তেন্না মাংননবগী মশক উইবা ) ॥

মনানা হৈমাং শাবা

( ওইদবা পোৎনা অওইবা ওইনা শাবা ) ॥

মনাঙ খাঙ্গিবুবদসু বা ভানবী

( অফবা হিরম অমা থন্নবা মতমদা নহা অহল থিদনা বা তান্নবা ) ॥

মবল লৈতনা শঙ্গোম চানিংবা।

( শেল থোরবা শুবা নোম্বদি তনবা, অহূগা অতাওবদি ফজবদি শেৎনিং চানিংবা ) ॥

মরা অনাবা গুন্দোক্নুনা শামু ইবোইবা যেংবা।

[ অক্নবা মথৌদি পাংথোক্নুনা কম্রিসু লৈজবা থবক্তা পুক্নিং চৎহূনা লৈথোকপা ) ॥

মশা চাদনা মতু চুঙবা ।

( কন্নিসু ইত্তৌ তৌদবা থবক তৌবা মানবাগী মতৌ ) ।।

মরুমদা শিকি যোবা ।

[ চহি নৌনা মতিক মগা চাদনা মী মাংবা য়াবা বা ঙাংবা অমসুং থবক তৌবা ] ।।

মশোঙ উনা লৈবা ।

[ তৌন ক্তৌদশা অমসুং উন-উদশা শাহনা লৈবা ] ।

মতাও ইকাই লান্দা শি

( মতিক মগা চাদনা থবক তৌবদগী তুংদা অৱাবা নংই ) ।

মহৈ হৈবা যম্ন চৈবুল চাই ।

( পূম্না থবক তৌমিন্নবদা খৃম্না হেন্না পোমিং খঙবনা খুঙদবশিংদগী বাবা নংই ) ।।

মান্নববদি মনিং কন্নবা থবোইদসু নু ঙাঙ্গমিনৈ ।

( অৱাবা তাববসু খাই ময়ামগী ওইনা মান্ননা ফাবা ৎইববদি মখোয় মশেল অৱাবা কাওথোকতুনা ঙাহাক্তসু নুংঙাইবিনৈ ) ।।

মান্নববদা ঙমদবা লৈতে

( অচৌবা থবক অমা মী অমনা তৌবা ঙমদবদ্রু ময়াম চংশিন্নতুনা তৌববদি মপুং ফানা পাংথোকপা ঙম্মী ) ।।

মতিক • ত্তনা মথান হাপ্পা ।

( থঙদ-হৈতবনা যাম্না অখঙ-অহৈ শাহনা থবক তৌবা ] ।।

মথিক নেম্বনা থা লাঙ্গা ।

( থবক তৌবা ঙম্মী শক্তিদি থরদংদা লৈবা নিংবদদি মত পাংথোকপদা রারগদবা থবক অদু থাক য়োনা নিংবা ] ।।

মমিদা খৌশাবা।

[ মশক-মশাদী উদনা মশেন-মন্নাং ওইনদি উবা তাবদা নুংশা থিবা অমম্তুং মিপায়বা পোকপা ) ]।

মবিংনা শাবা শংবাইদি নাম্মা হাংবা হৌনদে।

( মশক থি, মহৈ হৈতে, জাৎ ফত্তে অমম্তুং মবল লৈতে হায়রুনা নুপীগী মুপা, নুপাগী নুপী লৈতবা হৌনদে )।।

মী অপঙবা লালওইনৈ, উ অকংবা শিংওইনৈ।

[ উ অক'ব শিং থাবা কান্নি। অদুগা মী অপঙবদি চুম্না কান্নবদা নত্তে, মান তৌবা থবক অদু মীয়ামগী খুদোংথিনবা অমদি মাংনবগী মশক ওই ) ।।

মী অহল যোংনি, উ অহল লাইনি।

( চহি যাগবা লিরবা উর্দি মীযাম্না লাইগুম্না নিংনৈ। অদুগা মানা যাম্না অহল ওইশিল্লরবদি মশাগী ফজবা পুম্বা মাংখিদুনা হোং মান্নকই অমম্তুং চাকচা-ফমফম্নচিংবদম্তু যেংংগুম তৌবকই ) ।।

মী অঙাওবা, শামু মচা যেংবগী পেনবা নাইদে।

[ অঙাওবা মী অমম্তুং শামু মচা যেংবগী পেনবা নাইবা লৈতে। মখোয়গী কান্নদবা মতৌ অদু খুইনা যেংদুনা অহেম্বদা মতম মাংহনকদে ) ।।

মীওইবদি থাজবন লান্নৈ।

[ মীওইবদি মা-মাগী থাজবা অদুন চাওখৎনবম্তু ওই, মদি মাংনবম্তু ওই ) ।।

মীওইবগী অরা-মুংঙাইদি খুবাক-খুনমতনি।

( মীওইবগী পুন্সিদা অরা মুংঙাই হাযবসি লেংদন লৈবা নত্তে। অমগী

মীঙাওনা লুবদি কাচিন যোই।

(অচৌবা পুকচেল চাওবা মীনা থবক তৌবদা নক্ত্রগা পীক পীথকপ-নচিংবদা ইপৌ পৌন তাঁথোকই। অদুগা লিকশিন-থোৎচিনবদদি কা হেন্না কুপ্পী)॥

মীদি লাপলিঙৈদা লাই ওই, নকশিল্লগা মীওই।

[মী অথাথনা মানা মান তৌবা ওবদী শক্তিদগী মতিক মগুন্না হেন্না শক্মোকই। অদুগুম্বা মীত শিং অদু লাপলিঙৈদদি যাম্না হৈ শিংবা তারবসু নকশিন্নড়না থবক তৌরক্লবা মতমদ'দ মশাগী চপ চাবা অদু থঙলকই ]॥

মীদি হঙ্গৎন। ফু'শিদে।

(মীওইবনা মচা-মগুদা ফুংশিবা অছক মমা মপাদা ফুংশিবা ওমদে। ॥

মী তুশি হৌগৎকগু, যন তুশি হৌগৎলু।

(তৌবীমল থঙদবশিংনা, মাগী অৱাবা অনংবা, মতেং পাংবিখিব-শিংবু হুংঙাইরক্লবা মতমদা কাওথোকই। অদুগুম্বা মীওইশিংগী মতেং পাংববু ঐগী মীগা নাইদবা নোবা ওবা অশোনবা যনশিংগী মতেং পাংবিবনা হেন্না কৈ। কম্নিওবা মতমদা মথোয়না ঐগী কান্নবসু তৌবিয়বা য়াই)।

মী য়াম্নগা যা য়াম্মী।

(মীয়ামগী তোঙান তোঙানবা মত পুথোরক্তুনা তৌগদৌম্নিবা থবক অদু খিৱহনবা ]॥

মীনা শিবনা চিম্না, শানা শিবনা থোঙ্গুলদা শি।

[মশাগী থোঙ্গুলনা মরম ওইদুনা শানা শাদাম্নগী মখুত্তা মথয়াই থাব-ত্তম, মীওইবসু অক-কত্তা ১মুং অচুম-অয়ান থঙবনা বা তাংলুরবদি

ঙাংলুরিবা বা অতুনা ফত্তবা অয়দি চুমদবা ওইররুবদি ঈশাগী অমাংবা ওইরকই ) ।

মীনা শিঘনা অম। লাইনা তঙ্গনা অমা।

[ ঐগী ঐগী অনিংবদুতা হেক্তা ফংউ হায়বদি যাবা নত্তে. থয়মথৈ নিংবা থুংদবনু নৈফম থোকই ) ॥

মীনা মচা তবা পোকপদি কৈদৌদে, লম্বোইবা ঐনা ইচা অমতং পোকচবদি শবিরাই থুংই

( ময়া-মপাগী ভাংনা ফংজবা মচা অসি অযাম্বনা মী অমত্থং লাই অবিগী কলাক মিংয়েং চঙবগুম তৌতুনা অফবা কয় ওইগদে )॥

মীনাইনা মবন্নাই তৌবা।

( মশাগী আধিকার নৈরবা থবক অদু তৌবদা ফোংনা তৌদনা লে ঞ-থুমজানা তৌবা থবক )॥

মীপোক-মীহিংবা ঙম্বা।

( মীগী মাংনবা বা ঙাংবা অমত্থং থবক তৌবদা থবক অদুগী অফ ফত্ত থঙদনা পাংথোকপা ঙম্বা ) ॥

মীশক য়ংনা বা ঙাংউ, কুচু য়েংনা থোল থাউ।

( অফব অমত্থং ফত্তবা তৌবা মীশক মুম্না থঙদোক্লগা হায়ফম থোকপা অদু হায়বু ; তৌফম থোকপা অদু তৌ ] ॥

মিংনা কারাম্বা।

[ ঈশাগী ঙমগদবা চাংদগী হেন্না পাম্বা ) ॥

মুংলমদাইদা থাওমৈনা ঙাল্লি।

(মাঙবা নত্রগা শিবা তারবদা মশাগী থুদোংথিবা অদুদগী মশা কঞ্জবা ঙমগদ্রা নিংদুনা নৈজবা শক্তি পুথোক্লুনা তৌবা থবকী থোঁদা) ॥

মৈতান্না ৱাখৈবা ।

( শিক্লন মৈ থাৱবা মতম অদু ফাওবা লৈবা ) ॥

মৈদা হৈবনা মৈদা, ঈশিংদা হৈবনা ঈশিংদা শি ।

( মশা মশানা পামজবা অমদি হৈনজবা থবক অদুবা মীওইরনা মশাগী অশোইবা থোকল্লি ) ॥

মৈবু ফীনা কুপ্পুনা শম্বা যাদে ।

( অচুম্ববু অমমুং অফববু কুইনা লোৎতুনা থম্বা যাদে ) ॥

মৈবিকপীনা মৈজাওবী ওল্লি ।

( করিম্ন লৈতবা হিরম অমদা মীয়ামগী মত থেন্নবদগী অচৌবা ৱাথোক অমা ওইখিবা ) ॥

মৈতালবু চাম্লগা কোকপবা ?

( ফত্তবা মাবু শেমদা কোকপবা ) ॥

মহৈ যানবা উপাম্না মরু লুবই ।

[ মতিক-মগুন লৈবা মীদি নোল্লুকই চাউথোক্কে ] ॥

মহৈ যাল্লগা উগী উশক থঙই ।

[ মাগী মাগী থাৱ ফবা অমদি ফত্তবা অদু চাউরগা মাগী তৌথোরকপা থবক্লা মশক মুন্না থঙবা ওম্মী ] ॥

মনানা হৈমাং শাবা ।

( ওইদবনা অওইবা শাবা, থঙদবনা অথঙবা শকপা ] ॥

মোইরাং হরাওরিবৈদা কুম কাংই ।

( হরাও-কুমৈ মাৱা রেংলিবৈ মতমদা তোহোগদবা থবক অয়াবা ৱাথোকখিবা ) ॥

মৌ অনৌবী উন শিংবৈ।

[ নৌনা থবক পাইথৎলকলিবা মীওইনা তৌরিবা থবক অচুপা পুক্রিং মায়া চংই ]।।

( য় )

য়াইরোংনা যাইরোং কল্লি, শবিরাইনা শবিবাই কল্লি

[ শিজিন্নগদবা পোৎনা মতম হেনগ্রগা লাকপা মতমদা থু ঙাবা পোৎনা অচুম শিজিন্নবনা হেল্লি ]।।

য়ুমদাংবনা কৈ নাইবা।

( মীগী মপান-মচুম চাদ্রনা মীগীদা থবক তৌদ্রনা লৈরগা লোয়া-খুপ্পা মশাগী ওইবা পোৎচে থোমজিন লৈশিংবা ]।।

য়ুমহোং তোয়বগা লাইর তাল্লি।

(হোংলোক হোংজিল তৌবা অমদি তঙ তাদবা থবকনী নিংথিনা পাংথোকপা ওমদে )।।

য়ুমথোঙগী নাশি য়ুম্বু বেন্না খঙবনি।

[ ইমুংগী য়ুম্বু রেল ওইরিবা মুপা অচুনা য়ুথাম্নবগী পোঠি-থৌরমদি চিক্কা পুদ্রনা লৈ। অচুপ্তুনা মশা মশাগী থৰজা মীগী মতেং ঙাইদবা ]।।

য়ুম মৈ চাক্লিতৈদা ইমন খিবা।

[ মীগী অবাবা থুদোং খিবা থোক্লিতৈদা মশাগী ওইজবা খিবা অমত্তুং বা তাংবা )।।

য়ুম্থানবগী থবক্তি তুরেলগী লৈতোইদগী হেন্না কুপ্পী।

( ইমুংগী অবাৎ-অপা কয়া অমদি অবাৎপমচিংবা য়োক-থাজুনা

সমাজগী মনুংদা লুংঙাইনা হিংলনা লৈববা হোৎনবসি অরাইবা থবক নত্তে ] ॥

য়াম্বীনা য়াংদোল কনবা।

( লাংথোকপা লোইশিনবদি ইঙম ঙমদবা থবক খুদিংমক তৌগে হোৎনবা ) ॥

য়াওশং মতুংদা আবের থুডবা।

[ মরামগী চৎনবী অমগী মতম, মনুংদা চৎনবী অতুগী শিজিন্নবা লোৎনা মরামগী লোইখ্রবা মতুংদা পুশিল্লকতুনা চৎননবা হোৎনবা শিজিন্নবা লোৎ ) ॥

যেরুমদা হাম্বুক তৈবা।

[ অরুবা অমদি অনানবা লোত্তা লেৎবদা ফজদবা অমদি লুংঙাই-রোইদবা লোৎ তৈবা ] ॥

য়েল্লাং হেকপদা কাগী মমল হনজিন্দবা।

( থবক থৌরদা ওইজ-ওইথক অমদি শেম্লোংমচিংবা ফংলবি থন্মা তৌরুবদা শেম্লোংদি লাইরদনা থবক অহ তৌখিবদা চঙখিবা থরক ফাওবা ফংদবা থবক )

য়োংনা তিংদ্রাক পাই।

( হৈনদবা অমদি তঙাই ফদনা তৌবা থবক ) ॥

যোংনা উক্কুপ তিকপা।

( কান্নবা ফংলরোইদবা লোৎ পাইশিন-কোনশিন্নুনা থবা ) ॥

য়োংনা চু পাইবগুম পাইবা।

[ পাম্বখ্রাবা অমদি ফংখ্রবদা অমুক্তংকাদোরক্নবা শাম্রশিনবা ) ॥

য়োংগী শগোল মশানি কাওম্নু কাওদে।

[ পোৎ অমত্তি মখং মতৌ শাবদা হোৎনবা মখৈ হোৎনরবম্ব ইন্ডন ওমদবা ) ll

য়োংদম্ব নহা ওইরিবৈডদা কজৈ ।

( কনা থিবা মী ওইরবম্ব অহনগীদি নহানা কজবা থরদি মহেক্লি )ll

য়োংয়াম মরক্তা পোৎয়োম থোকপা

চাবিনবা য়ায়া নৈরবা ইমুংদা অচা-অথক থজিক পুশিল্লকপা) ll

য়োংনাওশিংগী মহাও খঙবরা ?

( খঙদবা মীনা অথুওবা শাবা ওমদে ) ll

# [ র ]

রাজনিতি শাস্ত্রবদি কৈ তোংবগা অম্মাহানি ।

( কৈবু তোংবা ওম্নবা মী অদু মগ্নামদগী অতোপ্পা গুণ অমত্তুং শকি লৈরবা মীওই অমনি হায়গা য়াই । অদুগা করিগুম্বা থুজিন-থুরানখোক্ত মা কৈ অদুনা তোংলিবা মী অদুবু চিকলোই অমত্তুং চারোই হায়বম্ব হায়নিংঙাই লৈতে ) ll

রাধা ভাবনা চিনবাম্দা, পুক্রুংদনা ছুবি অথৌবা ।

( মপাহোংদবা য়ায়া থর্ম চেনবা মী মানবা, অদুগা পুক্রুংদনা মীগী মাংনবা তাক্লবা থনবা বাখল ] ll

রাশিদা কোঠি য়েংবা ।

(ঊশাগী অদ-কত্ত অদু থুরদং থঙবা ওম্নবা হোৎনবদা অথং-অহৈশিংনা দাবাগী মতাং লাকপদা কোঠিগী মহত্ত বাশিবু অচুমনি হায়দুনা থবক তৌই ) ll

## ( ল )

লকুনা মচি কাদবা

( মশানা কত্তবা কাংলুপ্তগী হৌয়রুবা অহুদদি কন' কববা ওইছুনমু লময়োনা ফংবা য়াদে ] ॥

লমন মখাক, লাইথুং মখাক হায়্না শি'দোকদনি ।

( থাইদগী হেয়া মুংঙাইতবদি মীগী লমন তোনবা অমদি ঈশাদা লাইথুং লৈবা অনিসিনি । মসি কোক্নবা পুন্নমক্তগী হায়্না হোৎনগদবনি ) ॥

লনসোৎপীনা পাউথুম য়াৎতে ।

( মীগী মরল তোয়না তোক্লবা মীনা মশাবু লৈথোক্নবা অমমুং হিংবা য়ানবা, ওত্রবা ওইদবা বা কয়া ভাংবা ) ।

লমগী ষনদি মচি শাংই ।

( মীয়মগী পোৎপু কৈ হায়না লৌবা ) ॥

লম্বী অনানবদা চৈশু শুবা ।

[ খুদোং থিবা মকমদা পাথৈ ওইবা ) ॥

লম্বী অশম্বা চৎপা গুরু শিবা নংদে ।

( নিংতিগী তৌবা থবক অহু করিগুম্বা মতমদা খরজিন্না তৌরুরবদি মাগী হায়গী ফিভম অহু তাদনা খুদোং থিবা নংই ) ॥

লরাই ইখালদি মীদা খাযবনি ।

[ থকশি-খাশি তৌনা ভাংবা, তৌবা য়াই যাদে খওকনা ভাংলিবা অমমুং তৌরিবা মী অহুনি লরাই হায়বদি ] ॥

লাৱাই লাংথৈ, খোংনেম্বী: থৌদো খুদিং য়াওগনবী।

( অথঙ-অহৈ লৈতবা মকখদা অথঙ-অহৈবা মী অমু থৌদোক খুদিংদা য়াওহনবা ) ॥

লাইবক শাতিন্নবা।

( বা-লাম ঙাংন-খোংনবদা অমদি থবক তৌমিন্নবদা চয়েৎনবা লৈতবা ] ॥

লাইবক্কবু তমত্রবদা নে ম্বা ঙাক্লম্ন চংনদে।

( হোৎনবা হায়বসিনা ঐথোয় মীওইবগী লেংত্রবা ইথৌনি। হোৎপু হোৎনত্রবদি ঈশ্বরনসু অদুগী ওন্ন-হৈনবদা মংম্ন ফল পী, অদুগা কম্বিগুম্বা মতমদদু ল ইবক্তী মথাম্ন পোল্লি ] ॥

লাইনা য়াৎপা থাযাৎনি

( হিংনবগী মরুদি চিক্ল ক্লি। চিক্ল ক ফংনবগীদমক অৱা অনা কিদনা কন্না হোৎনবা ত ই। অদুদি নত্রদুনা লাইবক অমসুং লাইদা তাইনত্তনা লৈথোকপনদি কাম্নরোই ॥

লাইবেন মতুং ও ইনবা।

[ কাম্নগদবা অমসুং অচা-অথক কংগদৌবা মীগী মতুংদা মীমাম্না ইন্নবা ) ॥

লাইরেম্মা মগুন ঙাকপদা লমুৎদা কারগ শি।

[ হায়দোকথিবা বা অমদি মশাগী ইকায় খুম্নবা ঙাক্লবগীদমক খুঙনা-খুঙনা খুদোংথিবা নংবা ] ॥

লাইরিক হৈবগা লাইস্নদি থঙদবা।

[ মহৈ-মশিং য়াম্না কৈবগা ম-যাগী সমাজ চুননবা চৎপা অ-সুং বা ঙা বদদি হৈতবা ) ॥

ল্যাইরবনা ফী শুবা নোং নংই ।

( অশি মত্রগা শি হেক্তা থন্নবিংঙাই লৈতবা য়ায়া থুনা লোইশি-ন্নিংদনা তৌবা থবক্তা অশোয়বা থোকপা ) ॥

লাইববা মপান থাবরা, ইনাক খুনবা মউ লিংববা ?

( ইনাক খুনবগীনা অহুম ইনাক খুনগনি, অহুগা লাইরবগীমু অহুম লাইরনা লৈগনি হায়বগী অয়েপ্পা করিমু লৈতে অমদি লৈতবমু নত্তে ) ॥

লাইববনা যেন লোইবা য়াইমু ওল্লি ।

[ লৈত লৈতনা থরদং কান্নগদ্রা হায়দুনা তৌরুবা থবক অহু কান্নবদি লাইরদুনা মহুৎতবা মাংবা ) ॥

লাইরবগী মরুপ লৈতে ।

( লাইরবদি যেং-লু-য়েং-লুবদা অয়াৎপনা থগ্রা লৈ । মঙোন্দগী মীনা মক্তে ফংনিংঙাই লৈতে ] মরম অহুনা মশাগী ওইজবা থিবা মীদি মাগী মরুপ লৈতে ] ॥

লাউবা বক্লগা খুল্লাকপা শকপা ।

[ ইথঙ থঙদ, ইহৈ হৈজনা বায়া লাও থোঙলগা মীন্নাশু নমথববা হোৎনরগা লুচিংবনি থনবা ) ॥

লানফমদা থাঙ য়াইবা ।

[ থুদোং থিবা মফমদা মশা কন্নবা প্যাইনখিবা থুৎলাইনচিংবা অমনা অমদগী য়াইবা , ॥

লাজেনবা হুইনাও মচা চন্নবা

( থরায় থাবা য়াবা মতম যৌশিল্লরুবদা থুদোংথিবা কয়াদগী কন্নবা হোৎনজগেদি কৌদনা করিমু লৈতবা পোত্তা কোয়গে থনবা ) ॥

লান্দা তুং থংউ, চাকচাবদা মাং থাও

( ইশাগী কান্নগদবা কনবা য়াবা মকমদদি মহুং মতম য়েংদনা ঐগী সুবিধা লৌহোবা অদুগা শিবা য়াবা মকমদনা মীনা তৌরিবা অদুগী মতুংদা থবক তৌব। ] ॥

লফোইনা মী শাবা।

[ মশা-মউ য়াম্না শাবা অমসুং তিঙ্কং-য়াঙ্কংবা মীওই ] ॥

লম্বোইবদা শমজেৎ পীব'।

( পোৎ অদুগী কান্নফম অমদি শিজিন্নফম নৈত্রবা মীদা পোৎ পীবা ]॥

লিনসু শিনবা, চৈশুসু তেক্কনবা।

( ঈশাগী য়েক্লবসু মাংহনবিবা অদুগা ঈশাগীসু অমাংবা থোক্কনবা হোংনবা ) ॥

লিন কিরিঙৈনা থৌবি থেংনবা।

[ খঙহৌদনা অকিবা পোৎশক অমা থেংনখিবগী সুংঙাইতত্রবা নৈরিঙৈদা পোৎ অদুগা শক ম ন্নবা অমা অমুক থেংনবা ) ॥

লিন্দবু মবৈ অনি পানবনি।

[ ফাইবঙ মীনা মশাগী ফীভম য়েংদুনা বা য়াম্না ঙাংবগী মহুত্তা চৎনগদবা অচুম্বা অদুদমক ঙাংগনি ] ॥

লিম্না চিক্কিবা মীনা লিনগী মচু খঙবা ঙমদে।

[ মী অমনা মী অমগী অরা সুংঙাই অমসুং মশাদা লাইথুংগী মৈচাক শকলুদবা অতোপ্পা মীনা মীদুগী অরাবা খঙবা হৌনদে ] ॥

লিম্না চিকপা মীগী হিদাক নৈ, ফত্তবা মীগী হিদাকতি নৈতে।

( লিম্না চিকপা লাইনা কয়াগী অনাবা মীগী কনবা লায়েংনবদি নৈ। মবুক ফত্তবা মীগী কনবা য়েংনবা হিদাক্তি নৈতে) ॥

লিন্না মথুল চঙলমদাইদা চুম্মী।

[ অরানবা কযা ঙাংলু, চুমদবা থবক কয়া তৌহুনা লাকপদা শিবা য়াবা মতাং শৌরক্লবা মঙমদা মশা লিংথোকপা য়াগদ্রা নিংহুনা অচুম্বা হায়বা। ]।

লিল্লবোপনা কোম শাবা।

( অনিংবা অমদি অপাম্বা অঙ ফংগদবা মকমদা ফংদ্রিবা ফাওবা চংথোক্তনা লৈবা ) ।।

লিংজেল মান্নবতনা পিক্লপা ককচেংনা চাউববা তিনথোকপু থাংই।

[ ত য়াগী চৈগুবা লেংথোক ফাবগুম, অপুনবতনা ঙমদবা থবক লৈতে ) ।।

লু কোকপা মশেল হিক কাইনবা।

( অবা-অনা মশেল তামিন্ন-য়ারিনচিংবা শাঙনা মতম লেনবা ) ।।

লু কোকপদা লেন তাবা।

( অবা-অনা তারিবৈ নংলিঙৈদা খুদোং থিবা নংবা ) ।।

লুখুমগী শেম্না য়াহৌবা।

( শেল পুথোকপদা ফাঙম চাদবা মীনচিংবদা পীরুহুনা মন্নুনা থংনবগী মরম অমা ওইরকপা ] ।।

লুখ্রাবীনা শামু লোইবা।

( মবল-মথুমদি য়াম্না লৈবী অহুপা মপুরোইবদি লৈত্রবী মুপী ] ।।

লুহোংলমদাইদা কোই ফাইবা।

( মহুং-মতম চাদনা থবক তৌবা অমদি হাথু-হাথু হোৎনবা ] ।।

লুথাক মী চাবা হৌনদেপ

( চেল্লুরবী অমদি মুপা অতোপ্পা অমদা ওংটরবী নুপীবু অমুক

হনজিন্না লৌবা হৌনদে ] ।।

লুদা লিন চঙবা ।

( মতিক মথোৌনাদি য়াম্না লৈরবা মীনা করিগুম্বা অমদগী হৌজিক্কি মতুংগী খুদম ঃথোইনা উত্রহুনা তমখিনা চৎথোক্কনা লৈবা ) ।।

লেংলোইদবা থোংথোঙনা লেং, হাইরোইদবা পাম্বৈনা হাইদ

( থবক তৌফম থোকপা মীনা লৈথোক্কবা হোৎনরগা মরি থোইনা লৈনদব তৌফম থোক্কবা মীনা থবক অদু তৌহনা লৈব ] ।।

লৈ য়ুম্বীদা লেক্কুনা লৈবা ( খাঙবা ) ।

( করিগুম্বা মুংঙাইতবা অমদগী অরাম-খোৌরাংনা চাদ থক্কনা লৈবা ।।

লৈকায় হৌরবদি খাংজৌ পায়হুনা ইল্লু ।

( লৈপাক্কী অমদি লৈকাযগী কান্নগনি নিংহুনা মীয়াম্না য়ানবনা থবক অদু ইশাগী থোযনা অকায়বা লৈরবদি লৌবা য়াও ] ।।

লৈগা চরাংগা মরুপ শান্নবা

( মাংগী তুংগী যেংদনা হৌজিক হৌজিক্কী মুংশিনবা হিন্নবা অমম্মুং লুনা তৌবা ) ।।

লৈগা মরুপ ওইরুবদগী হুপ্পা লাইগী কোক য়োঙ্গ ।

[ ফত্তবা শঙ্গনা অফাবা শঙ্গগা তিন্নবদগী অফবা অমদি লাইগী নাক য়োবা ঙম্মী ) ।

লৈগী মনন মুংশিংনা পুই, মীগী মনম চিন্না পুই ।

[ মীনা য়ানা চৎপনা অথোইবনি । ফত্তবা মীগী মরাদি মীনা বারনহুনা লৈকায় লান্না পুই । অদুগা অফবা মীগী বাখিনবদি লৈকায় লানদে ) ।।

লৈগী মনমদি লৈকায় লান্দে, মীগী মনমদি লৈবাক শিনবনি ।

( অফবা থবক্তী মিংচৎ শন্দোকপদি য়ায়া থিনি। অদুগা ফত্তবা থবক্তী মিংচত্তি মতম থরদগা লৈবাক শিনবা থুংবা শন্দোকই ) ll

লৈচিন্দা তেন কাপ্পা।

( তৌরিবা থবক অদুগী অক-ফওগী মথৈ খঙদনা অয়েৎপা থবক তৌবা ) ll

লৈতুমগী লুক্রোকা মতাও শায়বা।

( মাগী যাগী কায়বা অয়ম্ব লৈদ্রুনা তিন্নবা অমদি অমমা অমগীন্নমতেং পাংনবা ) ll

লৈ.তাম্দা শক্ল পান্দে।

( চুমী লানি খঙদনা তাংখিংবতা পংতাংগা তাংবা ) ll

লৈতোম্না পুকচাক বাত্তবা।

[ মবা-মখোল মুশিংবগী মংলবদু মচিত্তাক বাত্তবা ) ll

লৈদা তু হৌবা।

( মতম কুইনা চাদ-থক্তনা লৈরক্লবা মী ) ll

লৈমা য়েংলিউদা থুম্ব কাই।

( ফজবা, অশাবা, অমম্বুং মুংতাইবা পোৎ অমা পুক্লিং চঙনা য়েং-লিউদা ইশাগী কায়বা অমদি ওইজবা মাংবা ) ll

লৈবুঙনা ঘন শাবা মো লাওদে।

( মতৎ মতৌদদি মায়বা পোৎনা অশেংবা পোত্তনা তৌবগুম তৌবা হৌমদে ] ll

লৈরক অমা, শৈশক অমা, লৈকায় অমা, বাঙাং অমা

( লম-লম, লৈকায় লৈকায়গী লোনচৎ-শাজৎ য়েংনবা ) ll

লৈরক অমনবদা অমাংবা কাইজিনগনু।

( মহৌশা শিজিন্নরকপা পোৎ অমমুং তিন্নরকপা মীবু কান্নদ্রে থন্দুনা মাঙননবা অমদি ফত্তনবা তৌরুম্ব। ম-খায় অদুনা নোংমা ফা-দোকপু কান্নবা য়াবি ) ।।

লৈরক অথুব্বা ডারোগা পেংনবা।

[ লৈখোক লৈশিন য়াদবা অচিনবা মফমদা খুদোংথিবা থোকপা ] ।।

লৈত্তববুদি তঙাই ফদবনা হেল্লি।

( ক্লচাই ক্রব্রবদি কয়বা থবক লৈতে ) ।।

লৈশোবুংনা মতোল কংবা হোনদে।

( ইনাকখুনবনা কনা নংহুনবু শেল নংবা হৌনদে ) ।।

লোক অমদা কৈ অনি কুনবা।

( মফম অমতদা তোংনাংতিন্নবা য়াদবা যেংথিনবা মী অনি পুন্না লৈবা ) ।।

লোক্তাক ময়াইদা থুমহি হৈথবা।

( মী য়াম্না লৈবা মফমদা অমদি অপাকপা অচৌব, থবক্তা চাবা য়াবা অমদি শিজিন্নবা যাবা পোৎনা থজিত্তা শীবা ) ।।

লংকাদা যাইঙং তাঙবা।

[ শেল লৈরবগু লৈগে হায়বদা পাক হেক ফংগন্দবা পোৎ অমমুং মফম অহুঙীগা চান্নদবা য়াম্না তাংব' ] ।।

লোত্তরগী ল্লোংমৈ, পেন্না পূকপগী ছুমিদাং ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়পগী পন্দোল।

( থবক তৌমদা ক্লান্নফম অমদি নুংঙাইফম থঙহিজ্ঞরম্ব মথং অমুক লৈরি বায়রকথিনি, অমমুং নুংঙাইরকথিনি ছায়বগী থাম্না ] ।।

পৌবুক্তা কৌ থাং, লাইবাক্তা ফৌ থাম্ন।

( লৌ উৎপী থবক্তি মতম চানা, লিহাম চুমা, লৌফম অহু শেম্বা লৌ থাপনি। মতুদি নত্রত্রনা মতম চাই চাদে য়েংদনা কাইবক্তা ঙমনি হায়রুনা মরক অহু তনফিল্ল ববদি মহৎ নিংখিনা চাবা ফংলোই ) ॥

লৌবমদাই তেংনা মানবী থাইনবমদাই য়োংমানবী।

( অচানবদদি মসিনা মহেলে থন্দুনা য়ানবা শ্রেম শাক্কবা ঙাংলগা লৌশ্রবা পোংশক অহু পামুক্ত্রবা মক্তমদদি মক্তুনা থিরে হায়রুনা হংক্লকপা ) ॥

লৌবি অনেম্বদা ঈশিংনা পাথৈ।

( মশানা ফীভম ফক্তরুনা ৈলবরা অহূতদা খুদোং থিবা, চাদবা থে কপা ]॥

লৌবোম্নবা খংনবা ষম্নাও, যুক্লোম্নবা খংনবা অঙাং।

( ষম্নাও অমসুং অঙাংনা লৌবোম্নবা অমদি য়ুক্লোম্নবা খংনবগী মরম ওইপনি ) ।

লৌবুক হারম, লাঙ্গোল য়োংলম।

( লৌফমদা লাঙ্গোলনা লৌ থোয়বগুম মাগী মাগী থাদোক্রবা মাদবা পোং-চৈদা মশাগা চানবা শিনফমদা শিজিন্নবা অমদি লৌবুক্তা কুমহুনা লৌউবা ) ॥

লৌফম অকুংপা, য়ুমফম অতোংবা।

( মাগী মাগী পোংশকা চানবা পুক্লবা মকম ফম্নাগা মতুং ইম্না থবক তৌবা ] ॥

লৌক্লংবনা লৌশক থঙই, শাক্লংবনা শাশক থঙই।

( ভৌথি-ভৌথিবা মী অহুতনা থবক অহুগী মশক মওং থঙই ) ।

লৌনিংমল্লবম্ব লৌবা ফংদে।

( মীগী মপোৎ অরেম-অপা থিহুনা যামা লৌনিংমল্লবম্ব চয়ানবগী

ভাবানি মপুগী নোংমা হায়রবসু শে ইদনা ভাগনি। চানিংমল্লবসু চাবা ফংদবনি )॥

লৌশিত্তা খাজনা থিবা।

( অরেপা থবক্তা মতম অমদি শেল-থুম মাংহনবা ) ॥

লৌশিংনা শামু ফাই।

( য়াম্না কল্লে হৈরে, হায়রুনা ঐ মচাইরে শগ্না তৌরুবা থবক অদু ইথঙ থঙহোদনা লাকপা অফবা লৌশিং অমনা অকনবা অহৈবা অহুবু লাইনা শিজিন্নবা ভম্মী ]॥

লৌশিংনা পাঙ্গলদগী কল্লি।

[ পাঙ্গলনা শুবা চৎপা ঙমদবা থবক অদু কৱিসু নৈতনা ঈশাগী লৌশিংনা ইরা রাদনা লাইনা থবক অদু তৌবা ভম্মী ) ॥

( র )

রাইনগনবা যন্না চীখোঙ কোকই।

( য়াম্না ফুন-চৈনগনবা মীনা মশাগী ফীভম শোকই ] ॥

রাইথোঙদা লৌখোঙ তৌবা।

[ তাম্না শেম-শাহনা নৈরবা মফম অমগী থবক অদু অমুক হন্না শেম-সোকুনা অরেপদা মতম অমদি শেল থুম কান্নকম থঙদনা মাঙহনবা ] ॥

রাথন্না স্বর্গ যৌ, লাইবক্না থুডৌদা নৈ।

পুক্কিংদনা অচৌ-অশাং, অরাংবা থাক্কী রাথন্না পৃংথন্দা থনবা। অদুগা লাইবক্তদি নেন্না ফংঙমদনা নৈরা ] ।

রা পোকলগা শেল পোকই।

( তঙাই ফদবা হায়বদো খোঙ্গবদি শেন নৈতে হায়বা যাবদে ] ॥

বা অনি ভাংবা চুমদে, হিং অনি তোংবা য়াদে।

[ মীনব বা ভাংবদে মীওইবনা অশেংবা অচুবা বা অফবদু ভাংগনি ) ।

খাঁই অমনা পেল্লি, বা মতম অমনা চিন পৈ।

( বাইংবাতা ফজন ভাংবা অমদি মমল যাবা পোৎপু অহোংবা মমল য়ামদবা পোৎ অমবু পূকচেল শেংবা পীবদি মহুমা হেন্ন তুংশিবী ) ॥

বাঙাং হৈতবনা মপা চৈবা শকই।

( নৈশি-নৈথোনবদি হৈজদা, চুমা ইঙিং ফিংবা ভাংজবা বাহু মীনা ভাবগী শাওনবা বা ওইনা খোকপা ) ॥

বাঙাং শোইরগা নরক তাই।

( করিম্ নৈতবা বাকম অমগী থবক্তা ঊশাবা য়াবা লাওচনা থবক অচুম্বী অরুবা তার পূবকপা মতমদা ওমদচনা ইকায়বা নংই ) ॥

বাতোম্না বাংলগা ক্লাক্ষ কমদোকই।

( বা হেন্না চাউথোকপা অমদি নাপল তৌমবদি মাপী মথক্তা নৈবা অঙবা অমমা মমথরবা মতম লাকই ] ॥

বামাং য়ানবনা শোইক্রবনি।

[ ফুংদা ওইমম্ য়াবা বাকম অচু হায়মা হায়দোকতৌন্না অশোইবা কয়া খোজবা ) ॥

বা যান্না ভাংলবদি বাথি য়াওই।

( হনচক নাচক থিদ্না বা যান্না ভাংলবদি অশোইবা কয়াম্ য়াওরকই ] ॥

ৱানা হোৎনবগী মহয়দি অকবন্তা ওই।

( মহুৎ-মতম চানা, শ্যাঙ্গলতনা মোমজুনা অকবা ৎবক্তী মহমদি শয়েবা ওইদে, অকবন্তা ওইনা কংই ] ॥

ৱাশাপ্পু চাবা লাম্লু পম্পু কাবা।

( থবকপু তৌবা, তৌবিবা থবক অতৃগী মীর শু তাবা ) ॥

ৱাশা তারানা যৈবদি পোপত্তে, বাহৈ অমনা খাবদি পোম্পী।

( চাম-মুৎশিনবা অমনা ম গী মাগী নিংবা থুংনরক্কবা মতমদ পেন্নক-ত্রজুনা তাংখোংকখিবা ৱাহৈ অমনা নিংলিবা অতৃগী ম ময়োক্লবদা য়েক্কবা, তমখিবা অমা ওইন' থোক্ক না থম্লোয় কাইবা হায়বসি ৱাশা শাকৈনা ফুবদগী হেন্না বাই, ৱাই ) ॥

ৱাহোং মতুবু কাক্সা পানশিনবা।

( ওইদবনা অওইবা শাশিন্নতনা, মাগী-মাগী শাক্সং লিচং অমদি ত ৎ ত্তিন্নদবা কাংবুনা মাগী কাংবুনি থবনা ) ॥

ৱাহোং জগোই, কাংঙা শাথেক।

( মশানা শামজবা অমদি কৈনজবা থবক্তা কৌরকপ হায়বাস থে মনা তাকলুত্রবপু মশানা অতম মচু তাইক য়েংবদা ক্ষক ' ] ॥

ৱারি তাবমথৈ তাবগা সীতা কনাগী দুপীনো হংবা

[ তৌরিবা থবক্তা পুক্কি চৎত্রজবা শেমান্না শাহুনা থওত্রবদা কোম্ন অমুক হংগৎনা হংলকপা ) ॥

ৱাবি শাহুনা চৎলগা লম্বী তেল্লি।

[ লমথাং চৎপদা বারি শানা শানা চৎখিবনা লমথাং চৎপগী অরাবচু কোকই, মৌথিবা থওহোদে ] ।

## ( শ )

শাক থিবদি লাইনা শেম্বনি, লমচৎতি ঈশানা শেম্বনি।

(শক ফজবা:মী অমগী মগুবশিংগী মরক্তা লমচৎ ফজবা হায়বসিনা মরুনি। ঈশাগী মাইথোংমচিংবা ফজবদি লাইগী হুৎশেন্নি। মরু ওই-রিবা লমচৎ হায়বসিজি ঈশানা ঈশাগীদমক্তা শেমজবা য়াই) ॥

শক্সা চাদে, মহৈনা চাবনি

[শক ফজবা হায়বসিনা পুক্নিগী লেংত্রবা লন নত্তে। মানা ওবা থবক্তী তেনথ্রবা মতমনি। পুক্নি চুপ্পা লোয়নগদবা লনদি ঈশানা হৈজরিবা মহৈ অহুত্তবুনি) ॥

শক্সা নপান শাবা, কুচুনা মহৈ য়ানব!

[ভাইহাকীদমক্তা থৈগিল-খাজিন্নপা শেম্বা শক মাইথোঙ অঙ করি-ঙ্ঙবা অমদগী থুংশেমগী হিদাক অঙ্গু কোকথিহুনা ফজরবা পুবা অঙ্গ মাংখি। অঙ্গগা কুচুনা তঙাংলবা মাইথোঙদি মপিন্ন মজুংবা তৌবা হৈরাংঙবনি) ॥

শগোল কাংজৈ চাবা!

(অয়াবা থবক্তী পোম্বিং থঙনা থবক থুদিং ঐগীনি হায়বা নাইদবা য়াঙ্গনা মরম ওক্সা থবক তৌবা) ॥

শগোল মাইরৈ, শামু মিংলৈ।

[খাঙ্গেশেংনা থবক অড়দি থৌনিংদবা থৌত্রগনা ফকরোইত্রা নত্রপা শাওথিগদ্রা থন্দুনা লৈবা তৌবা থবক) ॥

শগোল মমাং পুঙ্গাও পূবী, মুংশিং মাইরম লশিং কাপ্পী।

(শিঘোং খঙনা ওহনা লিংঙক-লিংঙকপা থবক্তা তৌবা ফত্তে। মহু

মক্লবদি তুপনবা লাইবরা' চাপনবা য়াঙংবা হারবদু পাপনি ) ॥

শগোলনা লৌ চাক্লগা ইরোইদা তুব। ।

( খাঙ্জেপ্পেংমা অয়ানবা অমদি ফজবা মীবা অতুদগি তাইনবা চমক্লগা মবাক্তংদৈবা মতু লোনবা তাইনবা )॥

শাখুমনাইঙ হরাই অতোন চাবা

[ পোং-পু তাক-লেমিবা অঙমক্লা ওক্লিবা পোং অহুনক থাংহনবা ) ॥

শক্লাই লাপোৎনা মথোক ইৎপা। তমদে ।

[ থৈলো-শিংবা মী অহু মশাগী মথৌ থোক্লবদদি পঙশিজি ; অতোপ্পগী মথেং লৌক্লবা তারকই ।

শক্লগী অহনদি লাইনি ।

[ মীয়াম তিক্লবা অহন ওইরবদু ইকায়-খুম্নি ] ॥

শনা হিরা তানি, তানি হিরা শান্নানি ।

( মাইকৈ অনিমকী মী ওইদুনা অমগীদু অমগীগী মথক্লা ওইদুনা থৈবা )॥

শানোংবা হিগাইবা ।

( হারম-তামবা অমতা য়াদবা, ওইথোকপা ঙাবয়োইদবা মাগী অনিংবা অমুতা তাইহনা থৈবা মী ) ॥

শাবন্দা পুনবা ষন ।

[ চাক-শক্লবা করিমতা থৈতবা মকমদা মযুক লাক্লব। মীমচিংবা কাজিন্নুনা থবা )॥

শবিনা মমা নোক্লবা ।

( মাগী অপোয়বদুদি য়েংদনা মীগী অপোয়বা য়েংক্লা নোক্লবা ) ॥

শবিয়াইনা শবিয়াই কল্লি, য়াইরোংনা য়াইরোং কাল্লি ।